# ওপক্রমণিকা

ওঁ

নমো ভগবতে বাসুদেবায়।

মৈতৈগী বাখলগী ইচেন্দা ইহল লাকপদি মকুইরে। ইমাবোল চাওখৎপা নত্তনা জাতিনা জগৎকী চাওখৎপগী শরুক য়াবা বাগনি খঙবনা হৌজিক্কী মীবোল তাববা মীপুম অয়াম্বনা। মৈতৈ ইমাবোলগী মপুং-মরৈ-ফারবী, নিংথিববী লোনশিংগী মরক্তা ফমফম অমত্তং ফংননবা লাক্লবকপা ফনা কুইশিল্লক্লে। থবক্তা পঞ্জাও ওইখিবগা, দেশ-কাল-পাত্র নগা থবদং অপনবা ওইবা হৌনবা ওইখিবগা ঙসি ফাওবা থবক পাঙথোকপা ঙমদ্রি। খুৎমাবা থবনা মাগী মাগী মথৌদাং খর খরদং তৌরুবা সম্লু। অপনবা পুম্নমক লাম্থোকপা ঙম্বগী মতিক চাবা ফীভম থ রাৎলপ তৌবনা মনিং হন্দুনা সোর পাবোৎ লোন্দুনা মতম অনসুং লম্বী য়েংদুনা লৈনবক্লি। তাঞ্জা অসিদা মতিক চরবা পুকচেন অমা মাতৃ-সেবাগীদমক চোংশিল্লক্লে। মহাক্কা লাক্নুনা মাতৃ-সেবাগীদমক খুৎমারিবশিংগী মীশিংদা অমা কাখৎলে অমদি মথোক্কী খুৎকনবা থবা হেনগৎলে হায়বদা নত্তনা মপুং ফাবা দান অমত্তু কোল্লবক্লে। মাসিনা নিংহন-চারবা মীপুমশিংগী লমজিং ওইগনি হায়বদা নত্তনা মৈতৈ সাহিত্য ভাণ্ডারগীদা নিংথিবা লৈরাং অমা ওইগনি।

'থাদোকপা'—অঙাং ওইবা ... মগী অহানবা খুখা ওইরবশু, অঙাং-ওইবা কোলোম মতাঙ্কী হৌনছা, জগৎনা হঙ্গিন-হঙ্গিন পাওদমঙ্কবনা মুওঙাইবা অমদি অশিংবা থানবিবা, শাবী-শানৌ অনিগী, বাসন্তী লৈকোন্দা থেংনবা অহিংগী তাংলৌগী অমম্-অঙান অনিনা অবোৎ-অকোং শান্নবা মরক্তা, ম্ন াশনবা ইবাংগী থেক খোইগী পাওদমজবা লৈতে। শিন্দম্নকপা তুবিগী অহানবা খুৎহাই ওইববশু মালং ফৌরোই তুংইন জগোই শাবা লৈরাংগী নত্রগা ইম্নুংগী লিক্লা ফূববী শিঙেঙলগী শক্তম তমজরুবা লৈতে। শৈদম্নকপা খোঞ্জেলগী অহানবা খোন্থোক ওইরবশু লৈরাং লৈখোঙ যৈবা খোইমুগী নত্রগা বসন্ত-নোংগীন চেক্লা কোকিলগী খোলহেক খোন্দা তমজরুবা লৈতে। পীরাংনা ব্রাথেবা প্রেম, নিংব-কাযবা সোর মণীনা

গী ওইবা মুওঙাইবা-মফম অসিদা মনম চংদে।

রদ দোকপা' কর্ম্ম-গীতানি। মক্রুবা তশেংবা মুওঙাইবা ই পাংলবা তেংবানগী কর্ম্মগী অচুম্বা লম্বী তাকপনা মহাককী উদ্দেশ্যনি। নাযক ওইবা সদানন্দগী ব্রাৈে অমত্তং থৌবম্ন খুদিংমক্লা তত্তনা লাউবি। তেংবান' তসেংবা মুওঙাইবা পাম্ব্রা? পাম্বা থোক্লবদি কৈদৌনুংদশু নশাগীনি হায়না কবিগুম্বা অমত্তা কল্পিনগন্নু; নংগী লেঞ্জবা অপুম্বা অমদি নংগী থব্রাই হুকচাং পুক্লিং হায়ত্তনা লেবিবা পূম্নমক জগৎকী মফমদা মমল য়াওদনা য়েন্থোকউ—থক-খা অনিদা লেঙদবা মুওঙাইবগী মপু ওইগনি। তেংবান, ইথেং-চাইদবা মেল কনা তোংনিঙিং, কনা লেঙদবা

কোখোন হাপনিডিঙ ? জগৎকী অরানবা পুন্নমক ভাকপিয়ু, পঙ্গা তৌবনি কনবিয়ু। অপাম্বা লৈতবা উৎফুন ওইদুনা জগম্না নখোঙ খোঙবী চুপকনি ; ঈংনবা রাজ্যগী মপু ওইগনি। পাঙ্মা লোবা লৈবাক্তি অদুনা কায়বা নাইবনি ; প্রেম্না লোবা লৈবাক্তি মবা চুম্না তাবনি।

খোঙথাঙ থুদিং মিৎয়েং লানবদনা মথৌদাং ওইগ্যবা, কাঞ্জন থীবদনা হৌনছা ওইববা তেংবানগী কর্ম্মগী লম্বী তাকে নিঙনা কর্ম্ম লৈত্রবা ভগবান্না কর্ম্মগী অরাফম পুত্থনা মনাই অদুন্দা তাকপিখিবা কর্ম্মতত্ব থরাইগী ওইরবসু অপনবা কয়াগী মথ পোন্দুনা অয়াম্বনা ঙসি ফাওবদা মহাও খংবা ঙমদ্রি। অদু অঙ্গম ওইব কর্ম্মতত্বগী বিভূতি সদানন্দবু গ্রন্থকর্তানা থাইগী মফমদা পীনরে। তসেংবমক ঙসি জাতিগী য়াইফবা মুথিংনি।

নহা ওইবা কোলোম্না পুন্সি চুপ্পা পোথাদবা ওইসনু।
জাতিগী সাহিত্য ভাণ্ডার নিংথিবা মণিনা ঙানসনু।
খণ্ডি ওইবা 'থাদোকপা' চারা পোকপা ওইসনু।
লম্মুররবা জাতি নিংথিবা লম্বী ফংবা ওইসনু।
প্রেমগী মসক ওইবা ভগবান কৃপা তৌবিবা ওইসনু।

ওঁ শান্তি শান্তি শান্তি।

শ্রীমীনকেতনসিংহ

থঙ্গাই ব্রহ্মপুর, ইম্ফাল।

লাইরিক অসিনা হৌজিক্কী মণিপুরগী সামাজিক অমসুং রাজনৈতিক্কী মরমদা সমাজগী অয়াবা অৱাৎপা অমসুং শোপাত্থা রাকম কয়ামরুম নিংথিনা য়েকই অমসুং থন্নে। মসিগা ইহৈননা মশাং শিংনা চংলিবা রাকম অমনা হৌজিক কালগী সামাজিব মনস্তত্বনি। সদানন্দ অসি লাইরিক অসিগী নায়কনি, মহাব অসি হৌজিক্কী মণিপুরগী জাতিবু মুংশিবা শিক্ষিত পাখ অমগী আদর্শ চরিত্রনি। মহাক্কী পব্লিক লাইফতদি দো থোইনা লৈতে; তোইগুম্বমসুং মহাক্কী প্রাইভেত লাইফত মুখরাগী মমৈগী জীবনগা লৈনবা মরিদা খরা কনজার্ভেটি ওইনা উবসি মুখরানা মাবু শেলগী মরমগীদমক হুন্দোক্লম্বহুন মানা পামজবা শেল অদু থা খুদিংগী শোইদনা পিহুনা, মুখর লমন খুমগে হাইনা তোবা তাই। মুখবানা নায়িকানি। মুখরা হিরম অতৈদদি থংদে, অপাম মুংশিবগী লমদদি মলট্রা মোডার্নিষ্ট ওইবী মুপী অমনি। মাঙোন্দা রোমান্স চংদে; মুংশিববুদি কুইশিল্লকগা শেলগী রাখন্না কনশিল্লকই হাইবা মুপীগা সাইকোলোজিগী স্বরূপ-নি। অদুমদি ওইরগা মহাক্কী নোংচুপ্লোমগী মুপীনিপাগী সম্বন্ধবু চুম্নগী কন্ত্রাক্তকী থবব ওইনা থনবহুদগী হেন্দোক্লুনা মোরালিটিগী রাখলসু মসিগী রাখন্দগী মশা মথন্দবু মক্লে হাইবসি থংজে সদানন্দদা অমুক হঞ্জিন্দুনা মহাক্কী অঙকপা লিচৎ মমিনা সদানন্দগী অরংবা ওর্থোদোক্স ওইবা লিচৎ

লুমশিন্নিংদ্রে। মসিনা মহাক্কী হৌথিবা লিচৎকী অন্নুতাপ অম্না মপুকন্নুংদা লৈ হাইবা তাকই। লাইরিক অসিগী লোনগী মরমদদি মণিপূরগী থুল্লক ইবক্কা খ্বাইনা লোন্নরিবা লোনগা নব্যশিক্ষিত সমাজগী মন্নুংদা লাইরিক ইরকপদা শিজিন্নরিবা লোনগা অনিত্তগী খেন্নবদু উবা ফংই।

শ্রীকৃষ্ণমোহনসিং, এম-এ, বি-এল।
ইম্ফাল।

---

# উৎসর্গ

ইয়াম্বগী নুংশিরবা

৺রাসবিহারী পাল্গী মথুক্তা
ইয়াম্বগী নুংশি-খুদোল
'থাদোকপা' অসি পিরবনি।

# ৱা অমতং

থাদোকপা—অসি ১৯৪২ ইংগী এপ্রিলদা অহানবা ফোংবনি। বোমা তারক্তুনা লাইরিক কোপি লোইনমক মাংখিত্তুনা অমাংবা কোঙ্গাইগী মরক্তা অচৌবা অমা ওইনা থোকখি। লাইবক থীবনা নহালমখে ছাপা অমুক নমত্তুনা ফোংবা ঙমলুদ্রে। হৌজিক অমুক নমত্তুনা ময়ামগী মমাংদা পুথোক্লবা তৌজরবনি। ইতি

লাইরিক-লেংবা

# থাদোকপা ।

১

সদানন্দ লাইরবা মচা অমনি। মী ওইনা পানবগী অম্বাবা ফংবদা লোইবা নাইত্রবা নিপা অমদি ওইরগা বিত্যাবুদ্ধিদা পিথোরকপা মী অমনি। নিম্নপ্রাইমাবীদগীনা এম, এ, তম্বা ফাওবা বৃত্তি ফংতুনা অহল-লমনগী মতেং লৈত্রবস্থু লাইরিক য়াম্না নিংথিনা তম্বা ওম্লকই।

লাইরিক তম্না তম্না মচিন মনাও লৈতবনা অশোনবী কুম-লাইনা পুথুনা লৈরবী মমাগী মতেং পাংতুনা ইমুং-মনুংগী থবক ইনথাংনচিংবা তোত্নুনা সদানন্দনা মতম পুম্নমক য়াম্না য়ানা লেল্লকপনি। অসোমদা এম, এ, পাশ তৌরবা ফাওবা মাগী অবাবা লোইখিরমদে!

বি, এ, পাশ তৌরগা সদানন্দনা কলিকাতাদা এম, এ, তমলিঙৈদা মপা লৈত্রে। অতুদগী মহাক্না মপাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম নবদ্বীপতা শোনগে নিংলম্মী। নবদ্বীপতা শোল্লবদি শেল মজিক্তুনা ওক্কনি অমস্থুং মতুনা মখোইগুম্বা লাইরবশিংগীদি তপায় য়াম্না ওইগনি হাইনা মহাক্না অমস্থুং মমানা থল্লম্মী। থুগীদমক ছুটি নিবদা কালেন ছুটি হোবন্থ মাগী নিগদোৱিবা ই-মতমগী মন্নুংদ। তাবনা বৃত্তিগী নি য় ম কাইবদা ছুটি হুমিং লৈত্তুমক পিগে হাইনা সিটি কলেজগী প্রিন্সিপালনা হাইয়ে।

মহাক খনফম থোক্তরে। লাইববা মচা অমন্নিনা বৃত্তিচুস্মু মাংহন্নিংলমদে। অচুগা মপাগী শোবাৎস্মু শোন্দবা য়াদে। মমা লুখ্রা অশোনবীচুনস্মু শেল থোক্তবনিনা কর্ম্ম অসিদা কবিমতা হাপ্প ওস্বগী গতি উবমদে। অচুনা মহাক্কী বৃত্তিদগী খবা খরা তুংশঞ্জহৌবা শেল অচুনা শোরাৎ শোনগদৌরিবনি। খুদোং খিবগী মথক্তা খুদোং থিবা ঙাক্তা থোক্লম্মী।

অসোমদনা করম তৌবি ? হো'ষ্টলদা জাত অতোপ্পশিংগা লৈমিন্নে হাইচুনা সদানন্দবু ব্রহ্মসভানা মাংই হাইবদগী মথোইগী ইমুংস্মু য়াওনা মাংলে। মহাক্কা ছুটিদা থোরকপদা মপাগা মমাগনা অমতা ঙাইঞ্জবদা মচাবু কবম্না তাম্থোক্কনি হাইচুনা মথোই অচুম লৈমিন্নবনা অচুম মাংমিন্নববনি।

অ স্মু ম্না লৈবাক্তা পুংজাও থিন্দুনা মাংই হাইবনা লৈকাইস্মু, মরূপ মপাং লাইববগী খবা লৈজবচুস্মু মাংলগনি হাইবা কিবদগী থোইদোক হেন্দোক্না প্রায়শ্চিত্ত তৌনবগী শেল লৈনদবদগী শ্রাদ্ধ যাওবদি থমখ্রচুনা চুম্না অশিবা হংবা ফাওবা যাওরদ্রে। ম্না অসিনস্মু নবদ্বীপতা মপাগী শ্রাদ্ধ শোন্নিংবগী মরূ ওইবা মরম অমা ওইবস্মী।

অচুবু বৃত্তিগী অকাইবা লৈবচুনা সদানন্দনা গতি লৈ... মমাদা মাগী শেল খবা লৈবচু থাদোবক্তুনা অচুম পাং... লাইদা সিধা অমা থিল্লগা শোবাৎ শোম্নবা লাইবিব... থোকপা থোকপা ফীভম-চাদবা ইমুংগী হৌনবা তৌচুনা ... লোইরে।

সদানন্দনা অসিগুম্বা অরাববু অরাবনি খন্দবা ঙম্লম্মী। মহাক্কী অথাং-কনবা পুকচেলনা ভগবান্দা চংজত্নুনা শান্তি তাল্লম্মী।

মমা লুখ্রাবীগী অরাবা কবি লৈরিদগে হাইবত্থু কাওশিন্নত্নুনা মমিং উইশন্দুনা এম-এ-দদী পাশ ওইনবা হাইনা য়াম্না কন্না সদানন্দনা হোৎনবম্মী। চাবা-শেৎপা তুম্বা-হিপ্পা কোঙ্গাইমা কাওথোকতুনা হন্দক শোইববদি অমুক তমথনবা গতি লৈত্রবনি খন্দুনা য়াম্না কন্না লাইরিক তৌরম্মী।

মমান্নবশিংনা কুম্মৈ য়েংবা চংসি হাইবদা মহাকপু ঙাকপিম্মু হায়না হুংশিববা মেংলবা খোলনা হাইজত্নুনা কুম্মৈ-ফীওং য়েংবা শুকযাও য়াওবমদে।

মতৌ অম্মুম্না লৈবদগী মতম খবগী মতুংদা এম এ পাশ তৌত্নুনা মযুমদা সদানন্দ থুংলবে। মগুণ্ণা মী পুম্নমক্কী মিত্তা মহাক অসি লুখ্রাবী মচা ওইনা ওইনা নত্তবগুম উবম্মী। মচাম্মপী লৈবা কাংবুনা মহাকপু মচাশিংগী মপুরোইবা ওইহান্নলম্মী।

অচৌ অপিশক অঙম অথৌ মীচম্ পুম্বনা সদানন্দদা মচা কৎকে হাইত্নুনা মমাদা মী থারক্তুনা অত্নুগা কোঙ্গাই অমনা মশা মশা লাকতুনা হাইজরৈ। মমানা মখোই পুম্নমকপু তবাম তরাম তৌত্নুনা মচাগা তান্নরগা পাও হল্লক্কে হাইনা থাদোক্লম্মী।

মুপী থনবসি মমানা তৌগে হাইরবদা মমা ওইবগী ঙমদবা লৈতে অত্নুগা মচা সদানন্দনম্মু মমাদা লোইনা ইম্নোকপত্নুনা

ধর্ম্মনি হাইনা খনবস্নু খল্লম্মী। অদুম্মদি ওইরগা সদাগী মমানা মচানা নিংবা অপাম্বা অমা খল্লগা মচানা মুংঙাইবদো অদুনা হেন্না পাম্লম্মী। মরম অসিনা মচাগা তান্নদুনা খন্ননবা হাইরগা মমানা সদানন্দদা লোইনা ইম্মোক্কে লেপ্লম্মী।

মমা-মচা খন্নবদা মখোইদগী হেনবা অঙম-অখোগী মচা-মুপীশিংবু মশক মতৌ ফজবা, মরম ওকপা য়াওদুনস্নু মপা চাদে হাইনা মখোই অনিমক চপ মান্ননা খল্লম্মী। মমা মচা রাখল তিন্নবনা—ইনাক কৈরাকতি অদুক য়াম্না খুন্দবা, মচিঞ্জাক্তি অদুক চাজবা অদুগা মখোইগদি মপাচাবা অমস্নুং লাইনবগী অন্না-অনা খংগদবা ইমুং য়েংদুনা নিঙোম্বম বকুল কোৌবা নিপা অমগী মচানুপী মুখরা কোৌবা অমবু লোগে হায়না লেপ্লমলে।

সদানন্দনা অস্নুম্না মাগা মপা চাবা মী থিবদগী মুখরাবু খল্লম্মনি। মহাক্কবু পাম্লবদি মুখরাদি মহাক্কী য়ুম-লৈমা ওইবা ফংলমলোইদবনি। মুখরাগী মরাইবক্কা সদানন্দগী মরাইবক্কা অদুদি মখোই খংবা ওন্নমদ্রে।

সদানন্দনা এম-এ পাশ তৌরগা থা অনিগী মতুংদা মুখরাগা লুহোংলে।

অনৌবা অনৌবা অনিবু য়েংদুনা সদানন্দগী মমানা য়াম্না মুংঙাইনা মতম লেপ্পরম্মী। মখোই অনিস্নু অমনা অমবু পুক্নিংগী লোইনবনি খন্দুনা লৈরম্মী।

লুহোংবা মতুং থা অমরোম লৈরগা সদানন্দগী মরাইবক্কা অন্নাবা অমুক তারম্মী। লুনা থমজন্নবী মমা অশোনবীদু

থুমিৎ নিনি হিপ্লম্লগা তাইবংপাল থাদোক্তুনা মচা অমশুং মমৌ হুন্দোক্লম্লগা চংখ্রে।

অল্লাবা মশিং নাইদনা থেংনরক্লবা সদানন্দনা মমা লৈত্রব-সিদমক্তা অল্লাবসি মাগী ফংকম থোকপা ফংলিবনি হা ই না মুখবাদা হাইরগা অহুম লৈনবা হোৎনবম্মী। মুংশিল্লবা মমা মপাবু মথুক্তগী মূন্দুনা পুখিবগীদমক লাইদা দোষ তৌরমদে। মতৌ-মনাও চংহুনা সংসার অসি লেপ্লবা তৌবা হাইবহুনি হাইনা লৈবম্মী।

২

মুখবানা ফীবোল শাহুনা কৈথেলদা দোকান্দাবশিংদা হাক্লবগা শেন্দোং খব খর ফংলকপা মুমিত্তা চেং অমশুং মনা-মশিং লৈহুনা চাই, ফংলক্তবা মুমিত্তনা ব্রত কংলি।

সদানন্দনা লৈকাইগী অঙাংমচাশিং মযুমদা লাইরিক তম্বিহুনা লেপ্লি। মুংথিল মুমিদাংল্লাইরমদনা থবক ইনথাং থিবযোই হল্লা চাবল্লোই কবিল্লোই তৌহুনা মহাক অমুম চৎথোকই। শেল থোল্লবা লম্বেল অমত্তা লৈরমদে। অঙাংশিং অহুনমক্তা লাইববা মচা ঙাক্তনিনা ওজাগীনি হাইহুনা পৈশা অমত্তা ফাওবা দক্ষিণা পিবা ঙম্লমদে।

থবক থিবনি হাইনা মতমচুপ্লা কোইচৎ মচংলি। অহুগা ফংবদি শুকলৈ লৈরমদে। মমাল্লবা কয়ানা চাবা-শেংপা

নিং-থুংনা-থুংনমক থবক থিবনি হাইদুনা অঙম অথোশিংগী মনাক্তা কুন্দুনা লৈনবা য়াম্না য়াওই। মতুদি সদানন্দদি মপুক্লিংদা য়াম্না পামজরমদে। মাবু অঙম-অথো খন্নবা কনাগুম্বা মাবু মুংশিবশিংনা হাইরগা মথক্লাইনা পামজদবনিনা 'হোই' হাইবদি থমখ্রদুনা অম্মুম্না থুমদোকই—"ঐবু মুংশিবনা হাইবি-রিবনি। অদুবু হারা-গাড়ী ড্রাইভরনা গাড়ীমপু শাবগুম্না শারিবা অঙম-অথোবু খল্লদুনা করি কান্নগদগে? অঙম অথোনি হাইদুনা লৈবিবসি প্রজাগী মনাইনি। মতিকচাবা মীবু মথোইনা থবক হাপ্ ফম থোকই। অদুদি নত্তুনা মথোইদা খল্লবা মীব় মতিক চাই হাইরিবা অঙম-অথোদি ঐহাক খল্লনিংদে। তলব চাদুনা লৈরবস্মু লৈত্রবস্মু পুক্লিংগী মুংঙাইবদি ঈশ্বরনা কনামতদা পিদবা লৈতে। ঐবুস্মু মতিক চাই হাইনা খল্লগা নোংমা মরাইনা ঐস্মু থবক মফংলগনি।

মাগী ৱাসি তাবদা অঙম্বা অমতনা মাবু য়েংনিংবা লৈরমদে। অদুম্নদি ওইরগা মী থুদিংমক্তা সদানন্দবু ফত্তবা মী অমনি হাইনা নোংমতা হাইরমদে। অঙম-অথোনচিংবা মী পুম্নমক্তা মহাক্তী মফমদা পুক্লিংদা থাগৎপগা কিবগা লোইননা চৎলম্মী। মতুংদদা মাবু মুংশিদে হাইবদনি।

অচৌ-অশাংদি খন্দে হাইববু শেল য়াওদনদি পানবা য়াদবনিনা থবক অমত্তুং হাংলকপদা ময়ামগা লোইননা মাম্মু দরখাস্তদি মথারম্মী। থবক মচা ওইরবস্মু অচৌব ওইরবস্মু অমত্তুং ফংলবদি হাইনা তত্তনা নিংলম্মী।

তৌই গুম্বস্নং সদানন্দনা মতম খবদি থবক মচাস্ন অচৌবস্ন অমতা ফংলমদে। থবক মচাগীনা মাবু বিস্থা লৈবনি হায়হ্না অত্তগা অচৌবগীনা অচৌ-অশাং খনবা মী য়াম্না লৈহ্না মহাক অসি থবক ইফং ফংলমদে।

মতৌ অশুম লৈবনা সদানন্দনা মুখরাগী মতেং পাই অমা ফাওবা পাংবা শুকওম ওমলমদে।

নোংমা মবানা থবক ফংলবা য়াই হাইনা অমস্নং মখোইনা রাবিবসি মীওইবগী হৌনবা ওইরমাল্লে খন্দুনা মুখরাস্ন মতম খবদি রা ঙাংলমদে। মানা তাল্লিবা শেল অহনা ওরুবা সিন্দুনা মতম লেনগে নিংলম্মী।

নোংমদি মুখবাগী থাংবা-হৈবগী পাঙ্গল লোইবে। মুংথিল কোয়েৎ মচা যোল্লুবদা শেন্দোং ফংবদি হুন্দোকখ্রহ্না আনা অমা মাংনা যোল্লহ্না মখুম য়োরকপদা কপ্লে।

মুখবানা মখোং তিংথোক্লুনা ইমুং লময়াইদা তৌরম্বা ফিভমহ্ উবদা সদানন্দনা মপুরিংদা ঙক্লহ্না হংলকই—

"কবি তৌববগে, মুখরা, নংনা কপতুনা লৈবিবসিবো?" মুখবানা শাওবনে রাবনে অনিনা থুমহৎখিহ্না তাথি তাথিনা থুমলকই।

"কবি কান্নবা হংবিবিবনো? ইপানা ইমানা পোক্লকপদগী অশুক য়াম্না রাবসি নংগা সঙ্গ তৌরুবদগীনি।"

সদানন্দনা হুপীগী রাহ্ন তারগা শাওবমদে, ইতপ তপ্না অদুম হংলকই—

"অহুবু করি তৌববগে হাইগ্ন। ঐগা সঙ্গ তৌবদগী য়াবদি ঙসিদা নত্তে, মতম অম্তুক কুইববসি য়ারক্লবনি। ঙসি করি করম্বা থোইদোক হেন্দোকপা অমা থোক্লবগে?"

মপুরোইবগী য়া অসি তারগা মুখরানা মপুক্লিংদা খবদি মুংঙাইবম্মী। অহুম্মদি ওইবগা মখোইগী অরাবসিদি মপুরোইবনা করিস্তু কোকহনবা ঙমলোই খল্লম্মী। অহুনা সদানন্দগী য়াহং অহুগা পাওখুম খুমদ্রে। অহুগী মহুত্তা য়া অমা হাইগে নিংহুনা মুখরানা মপি তৈথোক তৈথোক্লা হাইবকই—

"ইবুংঙো, হংহুনা কবি কাম্নগদগে? ঐ য়া অমতা হাইগে, নং য়াবিগদরা?"

সদানন্দদো মানা হংজবা য়াগী পাওখুম পিদে হাইহুনা শাওবা তৌরমদে। মুখরানা য়া অমা হাইজগে হাইবহুদা তপ্না থেমজনবগী মওংদা হাইবকই—

"হাইগ্ন! ঐনা ঙম্বদা নংনা হাইবা যাদবা করম্বা লৈথ্রবগে?"

মুখবাগী শাওবা যাবা য়াহু তাবগা সদানন্দনা শাওদবা অহু উবদা মুখরানা মাগা হাইনিংবা য়াহু পাক হাইদোকপা ঙমদহুনা য়াহৌদোক মচা অমনা মাং থাবহুনা হাইবকই—

"মীনস্তু হাই, নংনস্তু হাই—মুপী মুজা ঐখোইগীদি মপুরোইবসি লাইনি।"

"মানি, অহুবু কদৌববগে?"

অহুম ওইনমক ইবুংঙো, ইপা ইমাগী ইচ্ছা অহুগা ঐগী ইচ্ছাস্তু ইপুরোইবা নংব সেবা তৌবগা নহাক্কী নপান চাজখ্নে।

অঃবু নংগী সেবা তৌবস্থু ঙমশল্লক্রে। নপান চাগত্রা হাইববু চরাস্থু নোংমা নোংমগী হেল্লে। অদুনা ঐ ইপামদা নোংমা নিনিদং লৈরুখিগে হাইববু করি হাইগে ইবুংঙো?"

শাওবা হৈতবা সদানন্দ মুপীগী রাসি ভাবদা করিমত্তা শাওরমদে। অদুগা ইকাইসিরা হাইববু মানদি করিমত্তা ঙমদবনিনা ইকাইবা খাংবা মতারম্মী। অদুদগী মুংশিরবা খোন্দা মুখরাদা শুকথবা মিৎয়েংনা য়েংলদুনা হাইরকই।

"মদুনা নংগী মুংঙাইবা ওইরবদি য়াম্না ফৈ, ঐ করিমত্তা হাইদে।"

মাগী মুংঙাইতবা মপুরোইবনা খনবা উরদুনা মুখরানা মপুক্লিং মুংঙাইরম্মী অমসুং সদানন্দনা গতি লৈতদুনা মাগী মতেং পাংবা ঙমদ্রিবনি হায়বস্থু খংলম্মী। অস্থুম মপুরোইবগা লৈরবস্থু চুম্নগী অরাবদা নত্তনা চরা হেনবগী অৱাবস্থু নোংমা নোংমগী হেঞ্জরক্কদোরি। অদুনা মানা হায়রকই—

"ইবুংঙো, নংস্থু চংসিদনা? পাজিগা ইমাগদা নংনা থবক অমা তৌদুনা শেল থোক্লিফাওবা মখোইগীদা ঐখোইনি লৈখিগে হাইনা হাইজগে।"

সদানন্দ রাফম অসিদা য়াম্না ইকাইবা য়াবনি অমসুং শাওফম থোকপান। অদুবু শাওগে হাইরগা ইকাইগে হাইরগা শাওবা ইকাইবা য়াবা নত্তে হাইবা খংলিবনিনা মুখরাগী নিংবা থুংনবা হাইদুনা থুমকই—

"নখোইগী অহল-লমমবু য়ারবদি ঐদি করিস্থু হাইদে।"

"অত্থদি হৌজিক চৎলসি।"

অস্মন্না মখোই অনি ঙাংনহুনা মপোৎ মচৈ য়োমশন্নরে। মুখরানা পোৎ য়োমলিঙৈদা সদানন্দনা শনামহি কাচিন্দা চংলহুনা হাইরকই—

"য়ুম-লোইবা সনামহি ইবুংঙো, নংবু হুন্দোক্লুনা চৎলে হাইহুনা ননাইবু হ্বারোবা তৌগন্নুকো। ননাই গতি লৈত্রহুনা তৌরবনি। পুন্সিনা লোইত্রবদি নোংমতং ওইরবস্যু নংগী সেবা তৌজরখিনি, পল্লেম-পন্থৌগী খুভম য়াজরখিনি।"

অসি হাইরগা মুখরারোমদা ওনশন্দুনা "মুখরা, নংগী পোৎ য়োম্বহু লোইরবরা, চৎসিদনা।"

"লোইরে, থোক্লসি।"

মতৌ অস্মুম ঙাংনহুনা সদানন্দগা মুখরাগা মুখরাখোইগী য়ুম তান্না চৎখ্রে।

৩

মুখরাগী মপা বকুল অসি করম্বা মীনো হাইবা মচান্নুপীগী শাজত্তগা পারিবা মী পুন্নমক্না থরগী মখৈদি থংবা ঙন্নরিনি। তোকপনা হৌদোং পোকপদি য়াদে।

বকুলনা মুখরাসি থাজবা মতমদা খল্লম্বদি—সদানন্দসি লাইরিক য়াম্না হৈবনি, লমচৎ নিংথিনা ফজৈ, তলব চাওনা চাবা থবক অমা শোইদনা ফংগনি অমস্যুং মচান্নুপীসি য়াম্না নুংঙাইনা লৈবা ঙমগনি—অসিনি।

অত্থবু লাইনদি অমা তমখিরম্মী। মত্থগীদমক বকুলনা মমাকনিপা সদানন্দদা মরাল পিরম্মী অমস্তুং শাওরম্মী। মচানুপীনা ব্রাবিবত্থু উরগা মহাকস্তু হৌজিক্তি কবম তৌরগা মুখবাসি খাইনহনসিগে হাইনা খল্লক্লে। মুংদাং ফুঙ্গনাক্তা ফমত্থুনা মতু চাওবীগা ব্রাবি শাবদা মচানুপীগী ব্রানা ব্রারি শাবগী হিরম অথোইবা ওইবকলে। নোংমদি মহাক্না মতুদা হাইবে—

"চাওবী, নচানুপীসি মথন্তা পোকচবনি হাইত্থুনা ঐখোই অনিনা লূনা য়োকচবকপনি। অত্থবু লাইববা পীতৎ-পাতৎপা মচা অমদা থাজরুত্থুনা বযা ব্রাববনো!"

বকুলনা অমম্না হাইবা তাবদা মুপী ওইবী চাওবীত্থ মখোই হেন্না কাবকলে। মঙোন্দদি মবানা বাসি হাইবদি ইরুজনিংবগা থোংগ্রা তেকপগা চপ মান্নরম্লে। অত্থুনা থৌনা ফনা চাওবীনা খুম্মকই—

"ঐদি নহালনা খল্লবনি। ক্ররম তৌবগা মখোই অনিসি খাইনহনসিগে হাইনা খল্লকপা ঐদি কুইববা পোৎনি।"

মতে মনাও মবুক্লিং তিন্নবা উরবত্থুদা বকুলনা ব্রা শাংথত্থুনা কান্নদে, শমদংত্থুনা ব্রা লেপ্পবগা লোইবে হাইত্থুনা হাইরক্লে—

"অত্থ ওইববদি হয়েংত্থ চৎত্থুনা ঐ ইচাত্থ লৌরুরগে। কান্নদে, মানা আঃ-দা লৈখ্রগা ঐখোইনা অসিদা চিন্তা তৌদোগী শরুক্পুদি মাবু হেক পুরকপনা হেন্না ফরে।"

মখোই অনিনা অস্তুন্না ঙাংনত্থুনা লৈরিঙৈদা সদানন্দগা মুখশাগা চংলক্তুনা থুরুমলরে। সদানন্দনা থুরু-থুদক কুন্দুনা

অহুম থুরুম্নম্বদগী হৌগৎতরে। মুখরানা মমাগী মনাক্তা চংহুনা কুমখ্রে।

অহুদগী বকুল মতৈ-মনাওনা 'করি থবক্কীনো অহিংদা' হাইহুনা হংলকই।

সদানন্দদি পাক থুমগদবদো ইকাইহুনা ঙাইহাক চিংনহুনা লৈরে। অহুদা মুখরানা থুম্নকই—

"ঐখোই অনি অসিদা লৈরগে হাইহুনা লাক্লবনি।"

বকুলদি হিদাক থক্কুনা মচাগী ৱাহু অহুম ঙারম্মী। মচিন-য়াংবী চাওবীনা মুখরাগী ৱাহু তাবদা হান্না খংগা শাওনিংদনা লৈরম্বনে শাওনা ময়ানিপারোমদা ওনশল্লহুনা চৈরকই—

"করিদৌনা লৈগদৌরিবনো? ঐনা হাইবদি কদৌনা লৈদৌরিনো হাইবা? নখিবোং পান্দ্রা. মৌগী মচানা লাইরিকম্নু নখোইদৌনা হৈতে, অহুবু থবক অমা অমা তেক্তা ফংই। নখোইদি কদাই, অম্নুম লেরগা লাইনা নয়াদা চাক মরু অমতা থাদবিরকদরা?"

সদানন্দদো মনেমবোক্কী খোল অথিবা তাবা লাকপদি নত্তে। অৱাবা চরা হেনবা কোক্কদরা হাইহুনা লাকপনি। অহুবু শাওবদি খক তৌরমদে। ইতপ তপ্পা সদানন্দনা হাইরকই—

"ঐগী লাইবক্লনি। ঐদি অহুম থাংবা মঙমজে মহাক্কি ঙমদ্রে, য়ুমদা থিনবিরো হাইহুনা থিল্লকপনি। ঐবুম্নু মহাক্কা কোম্বংদা লৈরুসি হাইবদনি। অহুনা ঐগীদি ঐগী ম্নীরে।

ঐনসু মাবু মতেং পাংবা ঙাইবক থিবনা ঙমদ্রে। ঙমদ্রিব ফাওবসিদদি মহাকপু মসিদা থম্বিবু।"

ঙসাইমথৈ হিদাকপুদা পানবা ৱাগী তোংজৈ অহুমা চিংল-চিংলদুনা বকুল অদে মখোই মযাম্না ঙাংনরিবা ৱাতু অতুম তাবম্মী। তৌজিক সদানন্দনা মনেম্বোত্তা থুম্লবপা ৱাহৈদা লৈখাই অমা তাবে হাইদুনা মপুগিদা মুংঙাইবে। মহাক্না সদানন্দবুদি মমাক ওইববসু কবিসু থমনিংলমদে, মচানুপীদুদনি থমনিংবদি। সদানন্দনা মুখবাদুদা খবা থম্বিহৌ হাইবা তাবদা য়াম্না নু ঙাহবম্মী। অদুনা ৱা চাংবা য়াওবক্লে। অদুদা মীগী মমাদা অহুক হ দবা চুমদে হাইবা মঙাওম বকুলনা মমাক-নিপাদা হংলকই—

"নদি কবম তৌনা বদাইদা লৈরুগদৌবিবা ইবুংঙো?"

"ঐনা তম্বা ঙমদে। এদি তম্লম্বা অমা লাক্কনি।"

অদুদা চাওবানা ৱা লোইনবে হাহবা খংলদুনা মপান খোমজল্লক্লে। সদানন্দবোমদা ওনশলদুনা চাওবানা হাইবক্লে—

"ফবে, মুপীমচাদি থনমলো।"

মুখবানা মৱা-মপুবোইববুসু মাগা লোইননা লৈহন্নিংলম্মী। অদুবু মপা মমানদি লৈনবা ৱাহৈ তৌদ্রবনিনা মহাকসু ৱা ঙাংবা ঙম্লমদ্রে। অদু ওইবগা সদানন্দগা লোইননা অমুক হনসিবা হাহবসু মমানা মাবু থনমলো হাইবদুননে লৌনদুনা হযেং সদানন্দগীদা ৱারুগদৌবদুনে ৱাখল অনি অসিনওই, করি অমসু ঙাদা অমসু তৌনিংদা অতুম তুমিম্না লৈরে।

সদানন্দদি মা মখা তাকম লৈত্রবনা চৎপা নত্তনা করিস্ম তৌনিংঙাই উরমদ্রে। অদুনা মহাক্না মনেম-মকু খুক্লগা মুখরাদা—"নং অক্তক নোংমা নিনি লেহৌখো" হাইরম্লগা মমম ভাম্না হৌগৎতুনা লাক্লে।

মহাকনা লাকপদা ময়ুমত্থু মম্লম্মী অত্থগা য়ুম শগাইবদা চংলকপা খাবলগী মঙালনা থাওমৈ লৈত্রবস্মু খরদি উবা ফংলম্মী। থবকস্ম তৌনিঙাই লৈতবনে অদুগা চাক খোংহুনা চাগদবম্থু থেংথিবনে ফমুংদা চংহুনা হিপ্লে। হিপ্লিঙৈদা রাখল পোন্নক্লে।

অম্মুম্মা খল্লম্মী—

"ঐদি শিত্রবস্মু লাই! মুপীমচা অমা ঐগীনি হাইদুনা লৈরগা মাগী মথমদা তৌগদবা ইথৌদি লোইরমদবা য়াদে। অদুবু। গতিদি লৈতে! করম তৌনা থৌ অসি পাংথোকসিগে।"

হৌজিক্কী মতমদা শেল খবা প্রণামী কত্রবদি গনকস্ম ফংবা লৈত্রে। বিদ্যাগী মগুণস্মু ঙাকত্রে মশা মশাগী খনবদগী মতিক চাবা মীবু নমথেকনবা হাইদুনা উপায় ফত্রবা ঙাক্কা লাইরিক হৈবস্মু হৈতবস্মু লোইনা তৌনরক্লে। লাইবিক হৈবা মীনত্থম শেল নত্রবদি কনাগতবু মতিক চাই হাইনিংঙকত্রে। লাইরবা ঐগীদি করি লৈ? প্রণামী কংনবা শেলহুবু লৈরবদি ওমদ্রে, ওইনা কৎলুত্রবস্ম মুখরাগা ঐথোই অনি চন্না হেন্দবা কোম্বুংদা নি। লাইরবগী গতি লৈতে!"

দুর্ম তৌতুনা অমুক খল্লি অত্থগা ফমুংদা অমুক থক্লো

থরো ওন্দুনা লৈ। মুথরাব্ করম তৌনা মতেং পাংবা ঙমগদগে হাইনা থনবদা রাথলনা রামনখিত্থনা মতম হৌখিরম্মী। কোন্থংদা থেংলবদা মুংশাহর মপি হোল্লত্থনা অত্থম তুমখ্রে।

তৌইগুম্বমুং রাথল থন্না তুম্বনিনা মীকপ থুনা থোক্লুনা য়াহৌ ঙল্লে।

৪

নোংঙাল্লগা সদানন্দগী মরূপ ধর্ম্মানন্দ লাক্লে। মথোই অনিসি ক্লাস অমত্তদা বি-এ ফাওবা তম্মিন্নরকই। ধর্ম্মানন্দদি মপানা ইনাকখুনবা অমনিনা থবক অমা কোইনোম নোমত্থনা ফংবনা লাইরিক মখা ঙমথরমদে

মবক মবত্তা ধর্ম্মানন্দসি সদানন্দগীদা কোইরকই। অঙাং ওইবিডৈগী রারি ময়ামত্থ নিংশিংত্থনা শানৈ। নোংমতম্মু সদানন্দনা মাগী অরাবগী রা মাগী মরূপ-মপীজাদা হাইদে। হাইকরগা মাগী অরাবত্থ মী অতৈ অমা য়াওনা রাহনবা তাই খন্দুনা কদোঙৈদম্ম শাদোক্কে। মতম পুম্মমক্তা ধর্ম্মানন্দনা মাগী মরূপ সদানন্দবু সুংঙাইবা মীনোকনা থল্লবা, লংলবা মাইথোংদা ঙাক্তা উই।

মত্থগী মুমিংকী অয়ুক্তি সদানন্দগী মাইথোং খরা লাংশিন্না উই। মত্থ উবদা ধর্ম্মানন্দগী মপুকনিংদা চিংনরত্থনা হংলকই—

"সদা, নংগী মাইথোংসি ঙসিদি চিন্তাগী মশক ওই, করি তৌরবগে?"

মরূপপা অরাবা কোকপিগে হাইবা মতাগুম নুংশিরবা খোল-না হংলকপদা সদানন্দনা খুম্নিং খুম্নিংদনা খুম্নকই—

"ধর্ম্ম, অসুক কুইরবসি নংগোন্দা ঐগী অরাবগী রারি অমতসু শাদ্রি। ঙসি শাত্নুনা নংবুসু অরেম্বদা অবাবা ফংহনবদি করি কান্নগনি? ঐগী মাইথোংনা লোৎপা য়াদ্রবনিনা ঐ রাবে হাইবসিদি খংলো। অহুগা অসিদগী হেন্না করিগী রারিবনো হাইবদুদি ঐ হাইবরোই।"

"হায়যু, করি তৌবগে। নংগী নতেংমক পাংবা ঙমদ্রবসু রাদদি তানবা যাই।"

ধর্ম্মানন্দনা অহুক য়াম্না নুংশিবগা লোইননা তকশিনবহুদা হাইদ্রবদি ফত্রে মহাক মথরাই নুংঙাইখিদবা তাবে হাইহুনা অতোপ্পা অমবু শাওহন্নিংদবা সদানন্দনা হায়বকই—

"নংনা তকশিল্লবনিনা হাইবদা ঐগী দোষ করিমত্তা লৈত্রে। তাও হাইবগে। ঐ অসি লাইবে নংই হাইবদি নংনা হেন্না খংলিবহুমঙাই। লাইববু নবকনি হাইনা লোবদি ঐদি লোবা ঙমদে। অহুবু মহাক্তি লোদবা ঙমদে। মুখবা মযুমদা চৎখবে। অহুনা ঐগী চিন্তা হাইববু মাগী মফমদা মরা মপুবোইবা ওইবগী ঐনা তৌফম থোকপা ইথৌ অহু পাংথোকপা ঙমদ্রে। মাবু ঐনা থাকপা ঙমদ্রে।"

সদানন্দগী রাস তারগা মী পুন্নমক্রী, থোইদোক হেন্দোক্না মরূপ ওইবা ধর্ম্মানন্দগী মপুক্কিংদা নুংশিবা পোক্কবা ঙন্নমদে।

হাইবদি কি অদুগা মরূপকী অরাবদি কোকহন্নিং ধর্ম্মানন্দনা তপ্পা সদানন্দনা শাওখিনি হাইবগী মতাংগুম হাইরকই—

"খংদে, সদা, নংগী লাইবক অসে। থবক অচৌবদি থমখ্রতুনা মচা মশু ফাওবা অমতা ফংদে। থবক তৌনিঙাইদি করিমতা লৈতে। ঐনা খনবদা উপায় অমদি মতম থরগীদমক্তি লৈ। নংনা তৌনিংলোইদরা অদুদি খংদে।"

ধর্ম্মানন্দনা হংলিবা রাহং অসিদি সদানন্দদি অঙকপগা লোইননা তারম্মী। মাগী মশাদা অচৌবা অপিকপা থবক হাইনা খাইবসি কদৌঙৈদসু খাইজরমদে। অদুনা সদানন্দনা পাক্ খুম্নকই—

"করি রানো ধর্ম্ম? ইপানা ইমানা পোকলকপদগী থবক অচৌবা অমতা ফংলকত্রি। মচা ফাওবা ফংদ্রি। চাবা শেৎপদা অদুক য়াম্না কেখোক-মৌথোকপা তৌরকত্রি। অদুনা থবক্তা অচৌ অপিশক করিমতা খাইদে। ঐগীদি লুপা তরামরি মশা লৈরগা লোইরে। হায়য়ু করি থবকনো?"

"ঐখোইগী ইনাওনুপা মণিহু য়ুমদা লাইরিক খরা খরা তাকপিয়ু। থাদা লুপা তরামঙা তরামঙাদং পিগে, অদু ওইরবদি নংগী চাবদাদি কোন্নবা য়াই।"

"য়াম্না ফৈ। ঙসিদগী হৌরোরা?"

"ফরে, ঙসিদগী হৌরো, মুংদাং মুংদাং তৌরো। ঐ হৌজিক চংলগে, থবক অমগা চংলুখিগে।"

সদানন্দস্ন 'ফরে চংলো' হাইদুনা লৈহৌরে। ধর্ম্মানন্দ চৎখ্রগা মহাকস্ন কোল্লিক রাইরম তৌবা চংখ্রে।

মতুগী মুমিত্তগী হৌনা সদানন্দনা ইমুং-মন্নুংগী রাইরন্নচিংবা থবক তৌবা অমুক হৌরে। থবক অদু তৌরগা মপা মমা অমুক নিংশিংলবই, করিনা মানা নহা ওইরিঙৈদা থবকশিং অসি তৌরকপনিনা। অহল লমন নিংশিংলুবগা মপী তাখিবা থংহৌদে। অদুবু কপ্লুদুনা করি তৌগনি হাইনা মথন্তমক থেমজন্দুনা মপী অদু তৈথোক্লুনা লৈরম্মী।

অদুম রাই তৈনা তৈনা মবুক্লি'দা রাখল অমা পোন্নক্লে। থবক ইনখাং লোইরগা মুখরাদা মণি লাইবিক তখিবগা পাও অসি হাইগে তামস্নং য়ারবদি মাবুস্ন কৌবক্কে হাইদুনা মুপী-পাম তান্না চংখিরম্মী।

৫

সদানন্দনা চিন্না পুন্নমক থাদোক্লুনা হবাও হবাওনা মুপী-মপাম তান্না লাক্লম্মী। মানা কোন্থোং লান্থোক্লুনা চংলকপদা মখোঙ মরামদুনা করিনো হাইনা ইঙক ঙকনা য়েংলম্মী। মানা মাঙ্গোন য়োরবদা মকুবোক বকুলনা মাগী হরাওবা মিংতা অদু উদুনা নোকমি নোকমি তৌরদুনা হংলকই—

"করিনো নহা নংনা লাকপবো? চেং লৈত্রবরা?"

মকুবোক্না করেন্নবোই ঙকপবোই হংবদু সদানন্দনা করেন্নবনি

হাইনা লৌরমদে। চুন্না ফুংশিন্দুনা হংলিবা মাল্লে হাইদুনা সদানন্দনা মপুকচেল তিংবগী হৌনবা ইচম-চম্না খুম্নকই—

"ঙরাং চরা হেল্লবনিনা ঙসিগীদি চেং লৈহৌই। ঐহাক মুখরাবু কৌগে লাকপনি।"

বকুলনা ইঙক ঙক্লা—"করিগীনো? ঙবাংদি থমগনি হাইদুনা থনম্নগা ঙসি অমুক ঙন্থানা কৌবরিবদি?"

"ঐহাক ধর্ম্মানন্দগী মনাও-নিপা মণিবু লাইবিক তম্বিনু হাইরে। থাদা লুপা তরামঙা ফংগনি। অদুনা ঐখোই অনি লেনবদি ওক্কনি।"

"মদু চহি কুইবোই। মতম থরদগীনি। হয়েং লাইরিক তম্বিবদু তোল্লগা অমুক চারা তেনগদবা মবৈ। অদুনা পুথিনু। নংনা পুন্সিগী লেংদবা থবক অমা ফংলবা কালদুদা মুখরাবু পুখো।"

মুখরাম্ন মখোই অনিনা ঙাংনবিবা রাদু তাবম্মী। মাগী পুকনিংদা য়াম্না কন্না থাজবা অমা লৈরম্লে, মদুদি সদানন্দগীদা লৈরগা মহাক অরাবা নত্তনা করিমতা ফংলোই অসিনি। সদানন্দনা থবক চাওরবা অমা ফংদুনা তৌরবদি মনাই-মশলনে করিনে মহাক য়ুমগী মবেম্মা ওইদুনা য়াম্না লেম্না অমসুং ফুংঙাইনা লৈজবা ফংগদবনি। অদু নত্রিবমখৈদি মহাক সদানন্দখোইদা অমুক চংনিংলমদে। অদুনা মপানা ঙাংথোরকপা রাহৈনা মানা নিংবা থুংবনা অম্মা মপুরোইবদা হাইরকই—

"পাজিনা হাইরিবা অসিনা কৈ।"

"মুখরা, ঐনা তাল্লিবা শেল অসি ঐখোই অনিগীনি। ঐদি লুপা মঙারোমদমক লৈরগা ওকই। অরেম্বত্ত নংগী শরুকনিনা নংঙোন্দা পিরগে। অত্থুগা নংনা লাক্লিংবা কালদা লাকউ, ঐ করিমতা হাইরোই।"

অসি হাইরম্লগা সদানন্দ মযুমদা হল্লক্লে।

থা অমগী মতুংদা। মণিবু লাইরিক তম্বিহুনা লুপা তরামঙাখক তলব ফংলহুনা মহু পুহুনা মযুম য়ৌদ্রিবৈঙদা মুখরাদা শেল পিবা সদানন্দ চংলম্মী।

মহাক্না থুংলবা কালদা মনেম-মকু, মুখরা—লোইনা লৈরম্মী। মহু া হুমিত্তি বকুল অ২ মমাকনিপা উবদা অত্থুক য়াম্না করেম্মনিংলমদ্রে। চুম্না মীথ্বাইদোনা মচা-মমাক লাকপদা হংবা হৌনবগুম্না হংলম্মী—

"ইবুংঙো, করম করম তেরি? ইখুখোইদি নহালমথৈ নম্না নপাও অমতা হংবস্থ ঙমদ্রে অত্থুগা তাবস্থ ইফং ফংখিদ্রে।"

সদানন্দনা মকুবোকনা হংলিবহ থন্নাই য়াওনা হংলিবা মাল্লে হাইহুনা মহাকস্থ থন্নাই য়াওনা মরিক চম্না থুম্লম্মী—

"নহালমথৈ ধর্ম্মানন্দনা ফৌপোৎ অমা পিবক্লুনা লেল্লকই। মহুগী মমলস্থ লৌ হাইবা য়াদে। ঙসি তলব ফংলহুনা মুখরাদা মাগী শরুক পিগে লাক্লিবনি।"

"পিগনুদা। মাগীদি ইকুখোই লৈরিবনিনা করিমতা ৱাত্রি হৌজিক ফাওবদি। নংগী অৱাৎ-অপা মেনশিন্নবা অত্থুম

থমজিল্ল। য়ুম অমা পানবা হাইবসে অরাং-অপা মশিং নাইদবনি। ঐখোইতনা মেনবা ঙমদবনি।"

বকুলনা লৌরোই হাইরবদা সদানন্দনা যুক্তিগা হাইজবগা অনি পুন্না লুপাদ্র লৌহৌনবা হাইজরম্মী—

"ঐগী শরুক্কুগী হেন্না ঐ শিঙ্গিন্ননিংদে। মতুনা ওক্রবা শিন্দ্রবঁদি হয়েং তুংদা অরাবা লাক্কনি। ঐনা শেল তাল্লিবসি অয়াম্বা মাগীদমক্কি। হৌজিক্তি ইকুবোকখোইনা মাব্ থাকফম থোকত্রবনি। ঐনা নংবগী অত্থক তৌবনি। অতুনা মাগী চাকহুল ওইনা য়ামদ্রবস্ম ইকুবোকনা মসি লৌবিয়্ন। লৈত্রবা কালদা লৌবিদ্রিবা অতুনা ঐগী লাইবক ফবনি।"

অসি হাইদুনা লুপা তবাখক থিত্নুনা মকুবোক্কা পিরে। বকুলনা "তৌন্নু তৌন্নু" হাইনা হাইনা অদুম থনম্লগা সদানন্দ খুকম্লমদুনা ময়ুম পাংনা লাকলে।

মহাক চৎখ্রগা বকুল মতৈ-মনাওনে মচান্নুপী মুখরানে মখোই অহুম তিন্নদুনা "ঙাওবরা অসিবো" হাইরগা নোকমিন্নদুনা লৈহৌই।

৩

মতৌ অম্মুম তৌনা সদানন্দ মতম লেনবা হৌরক্লে। মতুবু মুংশিদবরা হাইবস্থু মুংশি। অত্থগা মুংশিরবদি মতুহু য়ানবা ঙাংনদুনা পুরক্লবস্থু তৌদে। মাগী য়াখল হাইবসু

লুহোংবসি ধর্ম্মগী তৌদবা য়াদবা থবক অমনি হাইতনা ত্তৌরনি। অহুনা মুখরানা ময়ুমদা অহুম লৈখিগে হাইবদা মহাক্কী মুংঙাইবা থুগাইবা ফত্তে হাইহুনা সদানন্দনা করিমতা হাইরমদে।

অহুগা মুখরাসি লাকলো হাইবা য়াদ্রেনা হাইহুনা অতোপ্পা নুপী অমা থিগে হাইবস্থু খল্লমদে। মরূপ মপাংশিংনা হাইববস্থু মহাক্না অস্থুম্না খুম্লম্মী—"ঐগী নুপী অমা লৈরি। নুপী লোনবদি ঙম্লোই। অমমকস্থু শেন্বা ঙমদহুনা লৈরিবা অসিদা অনিবু শেম্বা কদাইদগী ঙমগদগে?"

মহাকনা মুখরাবু মপামদা লৈথ্রবস্থু পুন্সিগী লোইনরবীনি হাইনা লৌরম্মী। মহাক্না শেল তাল্লি খোংলিবসি মহাক্কী মুংঙাইনবা কে-মৌনবা নত্তে, মুখরা মখোইনিগী পুন্সি অসি নংলবস্থু নংদ্রবস্থু লেনবা ঙম্লগা লোইবে হাইহুনা তৌরম্বনি।

সদানন্দ অসি ইনাক খুনবা, অচৌবা, ফম্নাইবা ওইবা পামলমদে। মহু ওইবা ফংলবস্থু পামদবদি নত্তে, হিংনবগী দমক পামজবদনি। অহুগা ফম অচৌবনা, লন-থুমনা পুন্সিগী তানগদবা পোৎনি হাইবদি মহাক খল্লমদে। নংবনা মঙোন্দা করিমতা ফত্তবনি খন্দে। তুলসীদাস ঋষিগী অরাবদনা হবিনাম নিংশিংবা ঙম্মী হাইবহু তত্তনা মরূপ-মপীজা পুম্নমক্কা হায়রম্মী।

মুখবাগী চংখিবগী মরম লৈকাইনা খংনরকলে। লৈকাই ময়াম্না সদানন্দগী করি তৌরগা মতেং পাংবা ঙমগদগে হাইনা খন্নরক্লে। লৈকাইগী অঙাং পুম্নমক মহাকনা লেমনা নিতিগী লাইরিক তম্বিরি। মরম অহুনা অঙাংশিংগী মপা-মমাশিংনা

অসুম্মা মশাগী কান্নবা থাদোক্লবা সদানন্দগী মতেং করি পাংবা ঙমগদগে অমসুং হৌনবগে হাইনা খন্দবা ঙম্লমদে।

মী অমনিনা হোৎনত্নুনা লৈকাই ময়াম নোংমদি তিন্নরে। সদানন্দদা লৈকাইনা কবি তৌবগা পেনগদগে হাইবত্তু খন্নবা হাইতুনা মঙাকপুম্নু কোবম্মী। মুপী অঙাং জাৎ শুনা তিনখৎলক্ল-বদা লৈকাইগী অহল অমনা ময়ামদা মখুৎ লোম্নতুনা হায়রকই—

"তাবিয়ু, ইপা-ইচা ইচিন-নাও পুম্নমক! সদানন্দনা লাইরিক অসুক য়াম্না হৈনা হৈনা মশাগী কান্নবা থাদোক্লুনা লৈকাইগী লাইববা অঙাংশিংবু লাইবিক তম্বিরি। তৌজিক্তি মহাকসি থবক কবিমতা শুদ্রবনিনা অতুগা মাবু খবা খবা যেংলম্বা মুপীসু মপাম চংখ্রবনিনা শেল থোকত্রে। অতুনা ঐখোই লৈকাইগী স্কুল মচা অমা লিংখৎলসি, মসিদা মঙোন্দা ফো খবা খবা থাইনত্নুনা পিসি। ঐখোইদি লাইববা ঙাক্তনিনা শেল ওইনা মঙোন্দা তলব পিবদি ঙমদেদো! মাসি সদানন্দনসু য়ামদে হাইতুনা শাওবোই।"

অহল অসিনা হাইবিবসি ময়াম পুম্নমক য়ানিংলম্মী। সদানন্দগী মবুকনিং খংনবা হাইতুম্না মঙোন্দা লৈকাইনা হাইজ-বিবসি য়াগদবা য়াবোইদবা হাইনা হংলকই। মতুদা মহাক্না অসুমনা খুম্লকই—

"ঐদি করিমতা য়াদবা লৈতে। লাইরনা পোক্লকপা ঐগী লাইরনা পানবা য়ানবা জীবিকা খরা লৈজববদি মীওইবগী সেবাদু নিংথিনা তৌজবা ঙম্গনি। অতুনা য়াম্মী য়ামদেগী

করিমতা বেরা লৈজদে। অদুগা হৌজিক্তি লাইগী কুপাদগী ধর্ম্মানন্দগী মনাও তশ্বিরিবামখৈ ঐগী অমম্বুং মুখরাগী চানবা ওকলি। মাবু তশ্বিরিবা মতম-মখৈদি লৈকাইনা করিমতা পিবিত্রবম্বু য়াগনি।

সদানন্দনা লৈকাইনা খুমহন্নিংবা পাওখুম থুম্লকপদা মতুগী হুমিত্তা তিল্লিবা মী খুদিংমক্না মগাকপু রাখল-চাওবা চম্বা-পাম্বা, ধর্ম্মচেনবা অমম্বুং মীওইবগী অরাবা খংবা নিপানি হাইদুনা থাগংলম্মী।

অসিদগী ধর্ম্মানন্দগী মনাও তশ্বিবগী তলবনে অদুগা মাগী ময়ুমদা অঙাংশিং অদু তশ্বিদুনা লৈকাইদগী ফৌ খরা খরা খাইদুনা ফংবনে চরা হেন্নিং হেন্নিং তৌরম্বদগী চরাদি হেল্লক্লে। লৈকাইগী মী পুম্নমক্না মচা-মশুশিংগী মতিক চাবা ওঝা ফংবদা হুংঙাইমনখিদুনা মতু-মচা থাবক্তুনা ইমুং মন্নুংগী কোল্লিক-রাইরম শেংবা হৌরকলে। সদানন্দনা মতম শংলবনিনা লাইরিক পাদুনা মাগী জ্ঞানগা পুকৈদু নোংমা নোংমগী হেনগংনবা তৌবক্লে। জ্ঞান তাল্ল-তাল্লগা মাগী চম্বা অমম্বুং মশাগী কান্নবা থাদোকপগী পুকচেলদু অম্নম অম্নম হেনগংলকপগী খুদম লৈপাকনা ফংলম্মী।

৭

পাবিরিবা মীশিংনা খনবিবা য়াই—বকুল-চাওবী মতৈ-মনাওনা মচানুপীদুবু অদুম লৈবত্তু য়ারিবরা, করি তৌরিবগে হাইনা।

লোইদাম থাবুম কথামকুম লেল্লক্লবদা মথোই অনিনা খল্লক্লে, মচাগুপীদো নিপা যুগোৎ চাবা অমদা লুহোংনবা হাইতুনা। অত্তুমদি ওইরগা অমুকস্থু খল্লম্মী—মথোইনদি মল্লা নাইহন্নিংলগা মুখরানা মপু অনিগী মনাই ওইনিংলম্লোইদরা হাইনা। অতুমকপু মথোইনা হাইবা মচানুপীনা ইন্দবা য়াবরা হাইনা লেপতুনা মুখবাগী মপুবোইবা অমা থিবা হৌরক্লে।

বকুল অমস্থং চাওবী মতৈ-মনাওগী নিংবা থুংউ হাইবতুনা চন্দ্রশেখর কৌবা লল্মোন-ইভিক তৌবা পাখ্রা শুইতুনা লৈবা অহল অমা থেংনবে। পাখ্রাসি নুপী শিখবা কুইদ্রি। অহল ওইবনা নুপী অমুক থিররোই তৌববু মচা অপিশকশিংন্থু য়েংবনবা হাইনা নুপী অমুক থিগে নিংলম্মী। অত্তুনা মানা নুপী কদাইদা লৈবগে হাইনা থিরকপদা বকুলনা থেংনক্রে।

বকুলনা থনবনা—চন্দ্রশেখর অসি অহল ওইববস্থু মচিঞ্জাক চাজে অত্তুগা হন্নবনা নহা লৌব॥ হৌনবা মচানুপী মুখবানা চন্দ্রশেখরবু লাকহৎপা ঙমগনি। মঙোন্দা মুখবানা লৈজববদি চবা হেনবগী চিন্তাদি লাইবতুনা থবক-ইনথাঃ ফাওবা কবিমতা শুবরোই অমস্থং নুংঙাইনা অঙাং শাতুনা মানা তৌ হাইবদা তৌহন্দুনা লৈবা ঙমজগনি। অনিনা বকুলনা চন্দ্রশেখরবু পাম্লম্মী।

চন্দ্রশেখরনা নুপী অতৈ থিবমদবা অমস্থং মুখরাবু পাম্বগী মরমস্থু য়াম্না লৈ। মহারা খংজৈ, মুখরানা কেবা-মৌবা অমস্থং লন-থুম অহক য়াম্না পামদবা সদানন্দগা অমুক হঞ্জন্নিংলোই হাইবা। মহাক্না থোইদোক হেন্দোক্না মুখরাবু পাম্বদি মরম

য়াম্না চুম্বা অমা লৈরম্মী। মগাক্তি হন্নুরবনিনা লৈশাবী অমতনা পাম্ফম থোক্কে। অদুদা লৈশাবী লৌরুরগম্ব মচা-মশুশিং অসি য়েংবিম্ব হাইবা ঙমলোই। মুখরাদি চপ-চাবা মহাক্কী থবক কান্নগদবা চহি-মতাংগী হুপী অমা ওইরম্মী। অদুগা সদানন্দনা অফবা মী অমনিনা মহাক্কী মথক্তা করিগুম্বা অমতা ভৌরক্লোই হাইবস্ব চন্দ্রশেখরনা মুম্না খংলম্মী।

মরম ময়ামসিনা বকুলগা চন্দ্রশেখরগা মথোই অনি য়ানহুনা ব্বা লোইনরে।

তৌইগুম্বসুং মুখরাদি ব্বা অমতা তারমদে। অদু ওইরবস্ব মহাক্কা সদানন্দগী মধুমদা অমুক হনগনি হায়বগী ব্বাখল থাদোক্লম্লে। সদানন্দ অসিনা যম্নাইবা অমা ওইদুনা চাওবক্তুনা মতুং দালাল অমা শাবিরগা লৈহৎগনি লিক-কোন শিহল্লগনি অদুগা মোটরগাড়ীদা তোংদুনা সিনেমা থিয়েটাব য়েংহল্লগনি হাইবসি কদোঙেদম্ব থোক্লোই হাইবা মুখবানা মুম্না খংজরম্মী। ফীজেত্তা সংসারী ওইরবস্ব পুক্লিংদাদ সন্ন্যাসি ওইরবনি হাইনা মহাকনা সদানন্দবু লৌরম্মী। অদুমদি ওইরগা মন্না অমা নাইবগী ব্বাখলদি লৈরমদে। মপা মমানা তৌরবদা তৌগদবা মভাই।

নোংমা মহাকনা মমা-মচা ফমদুনা ব্বারি শারিবৈদা বকুলনা চংলক্তুনা হাইরবে।

"নখোই অনিমক তাও, ঐখোইগী লাইবক থিবনা ইমাক অমা ফংবস্ব তুরব্রিংবা নিপা অমা থোকলুরে। মুখরাগী ব্বাবনা

ঐহাক অহিং মুংথিল করিমতা মকম থংদরে। ঙসিদি নিপা অমা ফংলে। মহাক লল্লোন-ইতিক তৌতুনা ফীভম ফনা ফবা মীনি। চহিদবু থরা অহল ওইরে। ঐদি রা লোইথোক্লম্লে। হৌজিক নখোই অনিনা ঐগী মাই ঙাক্কদবা মঙাইবে।"

রাসি তাবদা চাউবীনা "কৈ কদোগে" হাইনা হাইরকই।

অতুগা মুখরাদি রা থরা হংলম্মী, পাক য়ারমদে।

"পাজিখোইনা হাইবা ইন্দবমু ঙম্লোই। অতুবু অহানবদমু পাজিখোইনা হাইবা ইনবনি হাইতুনা ঐহাক কয়া রাক্লরে। হন্দক্তি পাজিখোইগী নিংবা থুংহনবা-ঙম্বা নিপা ফংলবরা ?"

মুখরাগী রাসি তাবদা মপানা হাইরকই—

"ইবেম্মা, মতুগীদমক নতাক চিন্তা তৌবন্নু। ইচাগী ফনবা হাইতুনা ইপানা তৌবা ঙাক্কনি।"

মতুদগী মুখবানা অমুক হাইরকই—

"য়াম্না ফরে পাজি। অতুম্নদি ওইরগা মহাক্কী য়াথংদদি লৌথিগে।"

মুখরাগী হন্দক্কী রাতাসিদি কাইগদৌরিবা মাল্লে হায়না পাখৎতুনা হাইবকই—

"মতুদি কদাইদগী য়াগদগে ইবেম্মা ? মহাক্না নংবুদি থাইনত্রি অতুগা থাইস্নু থাইননিংদে। মহাক্না করম্না য়াথং অতু পিরক্কদগে ?"

"পাজি ঐগীদি মতু ইথৌনি। মহাক্না য়াদ্রবমু অহল-লমনগী য়াথং ইন্দবা য়াদ্রে হাইতুনা থংহল্লমগনি। অসিনা,

মহাক হয়েং শেল থিনবা লাকপদা ঐহাক হারমসি রারি শাগে ?”

বকুলনা পাম্বদি মচানুপীনা হেক য়াথোকপা অহুনি। পুময়ামক য়াত্রবন্থ খরদি য়ারে হাইবা খংলহুনা বকুল রা ঙাংদ্রে ; তুমিন্না লৈরে।

মতৌ অশুম তৌনা মুখরানা তংখাই অমদগী হেন্না মন্না অনৌবা অমা নাইবদা য়ানিংলম্রে। মহাক্কী য়াবগী মরমস্থ— মাগী লেংগা সুপীশিংগী মরক্তা অয়াম্বনা য়ানগনবা মরম্ননি। মখোইগী হাইববু চাবা-শেংপা অমস্থং লিক-কোন শিবদা স্থংঙাইবা অহুদনা পুন্সিগী অতম্নবা পোৎ অমা ওইরম্মী। মুখরাস্থ সদানন্দ কদৌঙৈ লাকপা হাইনা ঙাইহুনা লৈরম্মী।



৮

পায়লা তারিখ স্থমিত্রা সদানন্দনা মাগী তলব পুহুনা মুখরাদা পিগে লাক্লম্মী। মুখরানা ঙাইহুনা লৈরম্বহু উবদা সদানন্দনা হংলকই—

“মুখরা, নং শেল য়ান্না চিল্লবরা, ঙসি ঙাইহুনা লৈরম্লিবদি করিগীনো ?”

“শেল চিন্দুনা তৌবা নত্তে, ইবুঙো, শেল লৌবা তোকপা তারে হাইবা খংহনগে তৌবগীনি।”

“করি তৌরবগে ?”

"ওঙ্খোক্সা রানা ওঙ্খোকপা রা অমা হাইবা তারে। নংগী য়াথং নত্তনদি তৌবা চুমদে খল্লি।"

"হাইয়ু কবিমতা চিংনগন্নু।"

"পাজিখোইনা ঐ অসে নিপা অমদা লৈনবা থৌরাং লোইবে।"

মুখবানা সদানন্দগী য়াথং ও ইবল্লিবসিনদি মশানদি শুকয়া য়ানিংদবা মপা-মমাদনা চক্রী তৌশিনবিবা ভাই খন্দুনা সদানন্দনা হাইবকই—

"নখোইগা অহল-লমন্না হাইবনিদনা? নংদি মাতুদা য়ানিংদবা তাই, মবমতুনা ঐগী রা ভাইরম্লীবা নত্রা?"

"ঐগীদি য়ানিংবা য়ানিংদবা কবিমতা লৈতে। অদুন্নদি ওইবগা ঐনা য়াবদি চুমদে। অদুবু অমুক অহল-লমনগী য়াথং হাইবন্নু লৈবসিদা ঐবু তৌফম থংদবে।"

"থংলে। ঐঙোন্দা রা হাইবদি অদুক হাইদবা য়াদে হাইনা হাইবতনি। নংনা নিংবা অমা তৌখিবদা ঐনা নংগী মুংঙাইবদো কবিমতা থুগাইরোই।"

"ইবুংঙো, ঐবু রাবৌগন্নু, মুপী ওইবী ঐখোই অসি নিং-তম্বা ঙমদে। মসিগী মরালদি সমাজগীনি।"

"ঐ করিমতা রারোদে। নংগী মুংঙাইনবা হাইতুনা খল্লিবা ঐহাকনি। নংনা মুংঙাইনি হাইনা থনবা লম্বিদা ঐ করিমতা লেপতুনা থিংলোই। নংবু ঐনা করিমতা কাওরোই, নংগী

লম্মন শিংবা লোইদ্রি। ঐনা হিংহুনা লৈরিবমখৈ নংগী কান্নবা তৌবদা ঐহাক করিমতা হল্লোই। নংস্ম ঐবুদি কাওম্মুকো।"

"কদৌঙৈদস্ম কাওবা ঙমলোই। নং-ঐগী লাইবক থিবনা থোকলিবা ঙাক্তনি। চৌজিক্তি নংনা ঐঙোন্দা থাগী লুপা পিবাস তোকলো।"

"লুপানা থোক্লিবমখৈ নংগী লুপা পিবদি তোকলোই। ঐনা নংবু শেম্বা ঙমদ্রবুনা ঐগী হুংশিরবী নংবু হুংঙাইহন্নবা হাইহুনা মীগী মথুক্তা শিন্নথোকখিবনি। অহুনা নংগীদমক হোৎনরিবা মী অহুদা ঐস্ম মতেং ঙম্বামখৈ পাংগনি। নং লুপা লৌদ্রবা য়াদে।"

অহুদগী সদানন্দনা লুপা পিরগা 'চৎলগে' হাইহুনা চৎখ্রে। মুখরাস্ম সদানন্দগী পুকচেলমতাহ্ উবদা মপি তানা তানা থুক্রুমহুনা লৈহৌরে।

লম্বেলদগী ময়ুম য়োৱবা মতুং ফাওবা হুপী মীগী ওইখিগদৌরে হাইবগী রাখল অহ্ খল্লম্মী। অস্মুম খনবদা মপুরিংদা অরাবস্ম পোক্লম্মী। অহুদগী মহাক্না শেম্বা ঙমদ্রবদা মীনা শম্বিহ্না মুখরা হুংঙাইগনিকো খনবদা অমুকস্ম হুংঙাইরম্মী।

মহাক্না অস্মুম্না অমুক নোক অমুক শুকতোক তৌহুনা লৈরিঙৈদা মতম হৌখিহ্না থবক করিমতা তৌহৌদরে। অহিং থেংলকপনা ফমুংদা চংহুনা তুমথখরে। রাখল খন্দুনা তুমখিবনা অহিং ময়াই চক্লকপা কালদা মং অমা মংলে।

সদানন্দনা মংহুদি অম্মুম্না মংলম্মী :—জগৎ অসিদা মহাক্না

উখি-উখিবা খ্বাই পুন্নমক্তগী হেন্না ফজরবা মূর্ত্তি অমনা মহাক্কী মখুৎ পাইদুনা মী য়াম্না ভিল্লবা মাগুপ অমদা মাবু পুবম্মী। মাগুপ অদুদা চন্দ্রশেখর অমম্নুং মুখরা ফমদুনা লৈরম্মী। মুখবানা লৈবা মাইকৈদা সদানন্দবু মূর্ত্তি অদুনা পুশল্লম্মী। মুখরাবু উবদা থরাই য়ামনখিবনা অমুক-মুক পাখৎপদা মাবু পুবিবা নিপাদুনা মখুত্তা পাইবিবা বাঁশী অমথক খোংদুনা সদানন্দবু জ্ঞান তাহল্লম্মী। অদুদগী ঙাইহাক লৈরে হাইরগা বাঁশী-পাইবা মূর্ত্তি অদুনা সদানন্দগী ঙকশমদা মমাংঙৈগী মহাক্কী লুহোংবদা মুখরানা হুকখিবা লৈ-পবেং অদু হুকপিরগা হাইবকই—

"স্ন্যা, নংগী লুহোংবগী লৈ-পবেং অদু মুখরাদা হনখরো। অদুগা মুখবাবু পুশন্দুনা চন্দ্রশেখবদা কংলুবো। অসিনি সংসাবদগী লৈনা লৈনা তৌবা ত্যাগ হাইবদু। নং দান অসি তৌবদ। পুক্লিংদা য়াম্না মুংঙাইগদবনি। নংগী করিমতা লৈত্তে। নং খ্রা করিগুম্বা অমতগী মপু ওইবা য়াদে। তাইবংপালগী মীওঅম্নুমখুদিংমকম্নু নংগুম্বনি। ঐ হৌজিক্তি চৎলগে, নংগী ননথরে। মতম চানা অমুক লাকখিগনি।"

মুখরাঅসি হাইরগা মূর্ত্তি অদু স্বাই মাংখিরম্মী। মদুদগী মীর। থোরকুনা মিৎ পাংথোক্লকপদা কাক খোংলমদুনা মহাক ম্রেবদা ম। মপুক্লিংদা মাগী পাওতাক অদু মহাক অদুম িি "নংগী থমলে।

শক্ষা-দীক্ষা

৯

হৌজিক মুখরা চন্দ্রশেখরগী ময়ুমদা লাক্লে। মুখবানা হেক লাকপা নোংঙালবগা দোকান্দগী ফীরোন ফজ ফজবা অমশুং সনাগী দোকান্দগী লিক-কোন, লূর লূববা লৈরুহুন মুখরাবু লৈতেংহল্লে। চন্দ্রশেখরগী মনাই মশল যাম্না লৈবা মরম্না মুখরা য়াথং পিবদা হেন্না মখুৎনা থবক অমতা শুদ্রে। সদানন্দগীদা লৈবিঙৈদা কোযেং-মচা য়োনবা চৎপত্র হৌজিক্তি চন্দ্রশেখরগীদা শাব-ফাওবা শাদ্রে। মহাক্না হৌজিক তৌদবা য়াদহুনা তৌবা হাইববু চন্দ্রশেখরগা চহি মরিদা ভাইরিবা নিপামচা অমগা চহি তরুক শুববী নুপীমচা অমগদা যেংবহু মঙাইরে। অঙাং লংনহুনা চার-তুম্না তৌহুনা মতম ... নবন মাগী মথৌ ওইরে।

অম্মুক য়াম্না নুংঙাইবা যুম্থান্দি সদানন্দগীদা পানবা ... ম্লক্লে। অহুগা খেন্নমনবনা সদানন্দবুস্তু মুখবানা কাওবা ... মদে। মরক মরক্তা মাগী মন্না নিংশিংলকই। তুরবিংবা সদানন্দগী ৱা নিংশিংলগা মুখবাগী মপুক্লিংদা নুংশিবা অমস্তু পোক্ললক্লে।

নোংমা অহিং অথেংবদা অঙাং-নুবী পুম্নমক তুম্নথ... ... দা চন্দ্রশেখরনা মুখবাগা লোইননা সদানন্দগী মরমদা ৱা ... তৌহুন। চন্দ্রশেখরনা হাইরকই—

"মুখরা, ঐনা নং লৌবদি ঐগীদি নুপী লৈতবননি। খিবনা নংনা সদানন্দবু থাদোকপদি করি মরমগীনো?"

"ঐগীস্তু মরম লৈ।"

"করিনো ?"

"মহাক অসিবু ঐনা য়াম্না মুংশি। অহুবু মবুক্লিংদা লম্বোইবা অমা ওইবনা মায়াদা তাওহনা লৈরিবা ঐখোইগদি তিন্নবা য়াদে। অহুননি। মহাক্না ঐগী ইফমদা মাগী তৌগদৌবা করিনো থংই। হৌজিক ফাওবা মহাক্না ঐগী মুংঙাইবতা থন্দুনা লৈ। অহুনা মাবু ঐনা কাওবা লৈতে।"

"মুখরা, ঐ থংই, সদানন্দ হাইবা নিপা অসি মী অমতগী মাংনবা নিংদে। মীগী মুংঙাইরগা মহাক্না মুংঙাই। মাগুম্বা নিপাসি ঐখোইগী দেশ অসিদা লৈরিবা লাইরিক হৈবশিংগী মরক্তা তাংই। মাগুম্বা বিদ্যা অমুক লৈরবা নিপানা থবক অচৌবা অমা তৌহনা লৈগে হাইদে, নংগুম্বী মৌ-নহা মচাবু কৈথেলদা মীরৈবাক-মচা মরক্তা কোয়েৎ-মচা য়োলহল্লি। অহুম্না লাইরবগী জীবন পুহুনা লেনবদা মহাক করিমতা মুংঙাইতবা তৌদে। অঙকপনি মাগী পুন্সি অসি। নং হৌজিক্তি মহাকপু কাওরো ইবেম্মা।"

অম্তুম হায়নহুনা মতৈ-মনাও অহিং থেংখরে হাইহুনা তুম্নখরে।

মুখরানা মং অমা মংলম্মী। মং অহুদা সদানন্দ লাকপা উরে। মুখরানা সদানন্দরোমদা মপী তানা তানা য়েংহুনা লৈবদা সদানন্দনা হাইরম্মী—

"নংগী দোষ নত্তে, ঐগী দোষসু নত্তে। নংগীগা ঐগীগা শিক্ষা-দীক্ষা মাম্নদবননি। মনমঙহুনা নংনা অন্নাবা তারবা মতমদা

ঐনা মতেং পাংবা ঙম্লবস্থ ঙমত্রবস্থ ননাক্তা ইতৎ-তত্তনা লেপ্লগনি।"

মন্থদগী অহুম মীকপ থোক্নুনা নোংঙাল্লহুনা মুখরা হোৌগৎলে। মমংদা সদানন্দনা হাইরম্বা বচনহু মহাক্তি কাওবা লৈরমদে।

১০

সদানন্দনা মমংগী ৱা কাওদবনা মাগী পুন্সিগী ইচেন্দা ইথক চাওরবা অমা হোৌখিবহু হোৌখিদবা মতৌ লৌহুনা মপুক্লিং ক্ষাজন্দুনা মতম লেনবা ঙম্লম্মী। নিত্তিগী মাগী তৌগদবহু মপুকনিং ক্লুংঙাইনা তৌহুনা অঙাং লাইরিক তম্বিহুনা লৈরম্মী। কনামতনা মহাকপু অৱাবা ফীভমদা উবা ফংলমদে।

নোংমা ধর্ম্মানন্দগী য়ুমদা মনাও-নিপা মণিবু লাইরিক তম্বিরিঙৈদা সদানন্দদা ধর্ম্মানন্দনা হাইরকই—

"সদানন্দ, ঐহাক ঙসিদি নংগা ৱারি অমতং শান্নিংঙিদা।"

"কৈ, শাসি।"

"অহু ওইরবদি মণিবু লাইরিক তাকপহু ঙাইহাক পোখাখো।"

সদানন্দনা "মণি ঙাইহাক্তং লেপখিসি" হাইনা হাইরগা ধর্ম্মানন্দগী কাদা ৱারি শানবা চংলম্মী। মখোইনিগী ৱারিহু য়াম্না চিকথনা শারম্মী।

ধর্ম্মানন্দনা চুরুপ অমা চমখৎলহুনা অমুক্তং চিংলগা জটাগুম্বা মৈথু-মপুন অমা শাংনা কামথোক্নুনা অঙকপা খোম্থাংদা হংলকই—

"সদা, মুখরাহৃবু নংনা য়াহুনা বিদায় পিখিবনি হাইনরিবসি চুমব্রা ?"

"চুম্মি ধর্ম্ম, মাগী মুংঙাইনবা লম্বেল ঐনা শেম্বা ঙমদ্রে, অহুনা পিখিবনি।"

"অহুগা নংনা হৌজিক মুপী-নহা অমুক হন্না লুহোংবগী রাখল কবি থল্লিবা ? নহাক্তি নহা ওইরিদো। অহুগী মথক্তা নয়ুমদা নংগী নত্তেং পাংনবা কনামতম্মু লৈতেদো।"

"ঐ মুপী থিবরোই। মুখরাগী মকমদা ঐগী তৌগদৌবা ইথৌ তৌহৌদবদগী মহাক হৌজিক চংখ্রিবসিনি। অহুনা মহুগী রাহু তোকলো, রারি অতৈ অমা শাসি।"

সদানন্দগী রাসি তাবদা ইকাইহুনা হাইরিবা মাল্লে হাইনা ধর্ম্মানন্দনা থল্লম্মী। অহুগা করিগুম্বা মপুকচেল চপ-য়ুংনা লেপতুনা হাইবল্লবদি হাইনম্মু খন্দুনা থেমজনবা রাহৈনা ধর্ম্মানন্দনা খুম্লক্লম্মী—

"নংনবু পামদ্রবদি ঐবুদি অমুক নৌনা মুপী থিবগী রাহু হাইররোইদা। ঐনা নংবু নমহুনা লুহোংহনবম্মু য়াবা নত্তে। অহুবু সদা, নং অমুক্ত খন্দুনা য়েংউ, নং নথস্তা য়াম্না রাবা তারেনে।"

"মরূপকীদমক মরূপ অমনা থনবিবদো য়াম্না মুংঙাই। অহুগা ঐদি নংনা রানি হাইরিবহু করিস্মু রারোই হাইনা থল্লি। নংনা অৱাবা ওইনি থল্লিবহু ঐদি নহা ওইন্নিরুঙদগী

ক্ষংহুনা লাক্লবনিনা অহুম হৈনখ্রে। মহুম্না তৌদ্রগা থোইনা হেম্না মুংঙাইতবা অমহুম পোকই।"

ধর্ম্মানন্দনা সদানন্দগী মবুক্লিং ওলহনবা ঙমদ্রহুনা মুখরাগী মথক্তা শাওবা পোকহল্লগা সদানন্দহু মপুকনিং ওনবা য়াগদরা হাইনা খল্লকই। অহুনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হাইরকই—

"ফরে, অহুদি ধর্ম্ম। মীনা হাইনৈ—নংনা মুখবাদা হৌজিক নিপা অমগী মুপী ওইখ্রবা ফাওবদা নংগী তানজবা লনগী শরুক পিরি হাইনা। মসি অচুম্বরা?"

"পিবি, মসি পিক্ষম থোকই হাইনা খল্লি।"

"করিগী পিক্ষম থোকলুনি। হৌজিক্তি মহাক নিপা অতোপ্পা অমগী ওইখ্রে, মাগী য়েংবীনবা লৈরে; নংনা অমুক য়েংবিদ্রবস্থু য়াই। মপামদা লেরিঙৈখৈ নংগীনি। মহাক্না মুংশিরবস্থু মুংশিদ্রবস্থু মহাক নংগী নত্তুনা কনামতগী ওইবমদে। মীনস্থু করিনি হাইগনি! নংবুদি মানা পামদ্রগা নংনা মাবু য়াম্না পামশনবা থোক্লোইদরা। কনামতনস্থু হৌজিক ফাওবসিগী মমুংদা নংনা তৌরিবা অস্থুম্না তৌবা য়াওদে। লৈবাকনা চৎনদবা থবকপু নংনা তৌনি হাইহুনা তৌবসি ঐদি চুম্মি হাইনিংদে।"

অসি হাইরগা ধর্ম্মানন্দনা সদানন্দগী পাওখুম ঙাইদবমখৈ চুরুপ কন্না চিংহুনা লৈরম্মী। সদানন্দনস্থু কবিমতা খুমলমদে তুমিন্না লৈরম্মী।

[illegible]গী ধর্ম্মানন্দনা হাইরকই—

"চুমব্রা, হাইথ্নে, সদা। করিগীনো নংনা তুমিন্না লৈরিবো?"

তুমিন্না লৈজগে তৌরম্বা সদানন্দত্থ মরূপনা তকশিনবা অত্থদা মহাক্না নিংলম্বা অত্থদি খুম্বনা চুম্বা মাল্লে হাইত্থনা খুম্লম্মী—

"ধর্ম্ম, অমরোমদনা নংনা হাইরিবত্থ চুম্মী। অমবোমদনা চুমদে।"

"কবিগী চুমদ্রিবা?"

"করিনা হাইববো? মহাক অসি ঐগী থাংঙৈশেংবা ওইরম্বনি। অত্থবু ঐগী অনংবনা মাবু মপুরোইবা অনি শুহল্লিবনি। ঐনা মাবু লৌবা মতমদা মশক খংনবা তৌহৌদবনা মানা নিংবা তৌবদা ঐ করিমত্তা হাইফম থোক্তে। করিনা, ঐনশ্ম লাইরবা অসি কোক্নবা হোৎনবদি থমথ্রত্থনা কোক্তনবত্থম থোইনা হোৎনৈ।"

"নংগী ব্লাসি ঐ ভাব তাদ্দে, সদা!"

"তারোই ধর্ম্ম, নং-ঐগী পুন্সিগী লম্বেল তিন্নদে। ঐদি মুখবাগী লম্মন তোল্লি, মত্থ পুন্সিদা ওল্লিবা মথৈদি শিংলমগনি।"

"অত্থবু লুহোংলগা করি কাইবগে?"

"কাইবগী ব্রা নত্তে। ঐতনা কাই খঞ্জবনি।"

"অত্থ ওইববদি অমুক নৌনা লুহোংবগী ব্রাখলদি লৈত্রেদনা?"

"মত্থ ঐদি পামদ্রে, ধর্ম্ম। মুখরাদা দোষ তৌরুত্থনা কান্নদে। মাগা ঐগা শিক্ষা-দীক্ষা মান্নদবননি। মাবু ঐনা শাওবা ওমত্রা? মপুদনা মাবু ব্রাবকপা ওন্থি, ঐগীদি বারকপগী শক্তি লৈতে। ঐখোই-খ্বাইগী মপু ওইরিবা মহাক্তনা ব্রারকপা

য়াই। মতমছুদা মপুহুনা ব্রারকপা ইন্দে হাইহুনা শাওজবা য়াই, ঐ নংগী মী অমদা শাওনবা করি ইতিক লৈবগে ?”

সদানন্দগী ব্রা অসি তারগা য়াররোই খল্লহুনা ধর্ম্মানন্দতু মরম অসিদা মখা তাথনিংলমম্রে। অহুনা মনাওনিপা মণিগী ব্রা হৌদোক্লক্লে—

“ফরে, ঐগীদি অহুক নং ব্রাবগদরা হাইনা তৌবনি, অহুবু নংনা নিংবা অমা তৌবদা কবিমতা বেরা লৈতে। ঐখোইগী মণিসিবু কবম তৌরিবগে ?”

“মণিগী রাসি, ধর্ম্ম, হাইফম খ'দে। বুদ্ধিদি ফনা ফৈ, তাক্লগা ভাব তাই। অহুবু খর তল্লি। মশাদা হেনবা হাইবহু পোক-পোক্কে।”

“খংদ্রেনে মাসিনা তৌগদৌরিসিবো ? থিনা চৈবে য়ৈরে মীনা নোক্লগদরা হাইনস্নু খল্লি। চৈদ্রে মানদি হনবা লৈতা।”

“খরা য়েংশিল্লু। ময়াম্বনা মনাও রারকপদি দোষ লৌফম থোক্কে।”

অস্নুম হাইনরগা সদানন্দনা চৎলগে মণি লাইরিক তশ্বি-রুথিগে, ব্রা ঙাংনবা লোইবেদনা হাইহুনা মণিগী লাইরিকশং তাম্না চৎখ্রে। ধর্ম্মানন্দনা তুংদা অঙকপা মিৎয়েংনা সদানন্দবু য়েংহুনা চুরুপ অমা চিং চিংহুনা লৈহৌই।

১১

ধর্ম্মানন্দনা হাইবতা নত্তনা লৈকাইগী মরূপ মপীজা পুন্নমক্তা লাক্লুনা হুপী অমামুক থিনবা সদানন্দদা কয়া হাইররে কয়া থেয়রে। মথোাই পুন্নমক ধর্ম্মানন্দনা ফংলকপা পাওথুম অহুদগী অনৌবা অমতা ফংলমদে। সদানন্দগী মতৌহু উবদা থরা-অমনা নোক্লুনা চংথিরম্মী, থরা-অমনা মমিত্তা পি শিন্থহুনা "মুন্না থল্লু" হাইরগা হনথিরম্মী। মথোনকারবা লৈশাবী কয়ানা সদানন্দনা মথোইগী অহল-লমনদা য়া হাইরগদরা হাইরগদরা হাইনা ভাইজববু অরেম্বদা ভাইবা তারম্মী।

অমনা হাই য়াদা অমনা হাই তাদা অশুম লৈরকলে। চহি অনিরোম অসি সদানন্দনা মাগী থোরকপা শেল অহুনা মুথরাদম্ভু শরুক থাইহুনা পয়লা তারিখ থুদিংগী পিরম্মী। অঙাং লাইরিক তম্বিহুনা অমশুং মরন্নাই লাইরিক পাহুনা মতম লেল্লম্মী। পরোয়ানশিংনা পালি নাইনহুনা সদানন্দগী সেবা তৌরম্মী। মহাকম্ভু অঙাংশিংনা থবক তৌবহুদা অহুম য়াওরমই।

সদানন্দবু মহাক্কী পরোয়ানশিংনা লাইগুম ভক্তি তৌরম্মী। মহাক্লম্ভু মথোইবু মচা মনাও হেক পোকপা পোকমিন্নবগুম্না নুংশিনা তৌরম্মী। পাদ্রি সাহেবনা মপামমা মশক থংদবা পীতৎ-পাতৎপা অঙাংশিংবু লুনা তৌবহু মঙাইরম্মী।

মহাক্কী পরোয়ানশিংগী মরক্তা হুপীমচাম্ভু য়াম্না য়াওরম্মী। মথোইহুগী মন্নুংদা কেতুকী কৌবী হুপীমচা অহু পুংকক চাওরম্লে।

সদানন্দনা মুপীমচাশিং অসিবু নিপামচাশিংদা লুনা তৌবা হৌনবত্ত তৌবশ্মী অদুগা মুপীমচাশিং অদুনস্থ ওঝাগী মফমদা ভক্তিগী মিৎয়েংনা যেংবা যাবা অত্তদগী হেন্না অতোপ্পা রাখল অমত্তা থল্লমদে। পুংকক চাওববী লেশাবী ফারবী কেতুকীনা ফাওবা মপাগুম্না লুনা তৌজরম্মা।

সদানন্দগী লাইবক থিবগা ভমখৈ লোইবমদ্রি। মী ফত্তবগী মশিং য়াংলমদে মতম খবগা মনুংদা কানাকানি ঙাংনবক্লে সদানন্দনা লৈশাবী কেতুকাগুগী মফমদা নত্তবা মিৎযেং য়েংলে হায়না।

মানা অশুম ঙাংনবকপনা কেতুকীগী মপা মমাস্থ তাবক্লে। নোংমা মখোইগা মন্নাপ ওইবিবা চাওভল বৌবা চহি ৫০ বোম শুরবা নিপা অমনা অস্থম্না হাইববে—

"নখোইগা কেতুকী অদুবু মশকনদি লৈকাই অনিদা মাগুন্ধা ফজবা অমতস্থ লেত্রেদো। অদুদা মতুমচা লেত্রবা সদানন্দনস্থু মী থাইনা পান্নবা শক অমা ওইবিদো। অদুনা মীনা কানাবানি ঙাংনবিবা অসিবু নখোই কবিমতা তাদ্রববা? ঐদি হাইবোই হাইনা তৌবনি। অদুবু তাকত্রগা নখোইনা শাওগদরা হাইবি বনি। থানাদা তাক্লুনা মাসি ফাইল্লবা।"

য়া অসি তাবদগী কেতুকীগী মপামমানা চুম্বা মাল্লে হাইনা থানাদা তাক্লে। থানানা সদানন্দবু জামিন্দা থারে।

অসিদগা মী পুম্নমক্কী থম্মোইদা য়াম্না থাজনা থনম্বা সদানন্দবু মী অয়াম্বনা চিংনবা মিৎয়েংনা য়েংবা হৌরক্লে।

মতৌ অসুম্না বদনাম শন্দোক্লকপা হৌরবদা চন্দ্রশেখরসু চিংনরক্লে। সদানন্দনা তোইনা পয়লা তারিখ খুদিংগী মুখরা উনবা লাক্লিবসি ফত্তবা রাখল অমা লৈবা য়াই হাইনা চিংনবক্লে। তৌইগুম্বসুং চন্দ্রশেখরনা করিগুম্বা হাকথেংনবা প্রমাণ অমতা ফংদবনা করিমতা তৌগে নিংলমদে। অত্তুগা অচেংবা অমা পাইনবদি ঙাইতুনা লৈরম্মী। মুখরাগী মথক্তুসু য়াম্না চেকশিন্না শেন্নতুনা লৈরম্মী। মঙোন্দা ফোংনা চিংনবগী রাহৈ অমতা হাইরমদে।

কেতুকীনা মপা-মমানা মাগী ওজা মরাল লৈতবা সদানন্দবু অরাবদা তাহনগদোবে হাইবসি খল্লুবদা মথরাই য়াম্না রারম্নে। কবম্বা উপায় তৌরগা মাগী ওজাবু কনসিগে খল্লক্লে। মপানা থানাদা তাকলুবদগা নুমিৎ তবানিরোম লৈরগা মখোই লোইন-মকপু জবান পিয়্ হাইনা কৌররে।

দাবোগানা সদানন্দদা হংলকই—"সদানন্দ বাবু, কেতুকীগী মপানা হাইরিবসি চুমব্রা?"

"চুমদে। নত্তবা চৎপদি থমথ্রতুনা পুক্লিংদা ফাওবা থঞ্জদবা রানি।"

"অত্তুদি কেতুকীনা চুম্মি হাইরবদি করম তৌগনি?"

"করম তৌনি? দারোগানা মত্তুগী মতিক ওকপা হৌনবী তৌবা হাইবত্তুনি।"

অত্তুদগী কেতুকীরোমদা ওনশন্দুনা দারোগানা হংলকই—

"ইবেম্মা কেতুকী, নং করি হাইনিংই?"

কেতুকীরোমদা ওনশল্লত্রুনা সদানন্দনা হাইরকই—

"কেতুকী! করিমতা কীরুগন্নু নংনা হাইনিংবা পুন্নমক চিংনদনা হাইদোকউ।"

কেতুকীনা মাগী ওজাগী রাসি তাবদা মথরাইদা অমুক হেন্না থোনা ফত্নুনা হাইরকই—

"বাবু, ওজানা ছাত্রীগী মফমদা, ছাত্রীনা ওজাগী মফমদা নত্তবা মিৎয়েং য়েংবদি কদৌঙৈদস্লু তাখিদরি মতুংদস্লু তাবক্কনি হায়না নিংদে। হন্দক থোকলিবা রাতৌ অসি ইকাইদনা হাইরত্নুনা ঐবু লম্বি শেরান্ননা পুগে হাইবম্বা (রূপ) অমসুং (সনাতন) অনিনা পাও অসি শন্দোকপনি। ঐ রাবম অসি য়াম্না মুন্না থিজরুরে। ওজানা ঐঙোন্দা নত্তবা করি গুম্বা রাতৈ অমত্তা ঙসিফাওবা হাইবা তাদ্রি।"

কেতুকীগী মরা অসি তাবদা রূপ অমসুং সনাতনবু খুদক অত্নুদা কৌহল্লুরত্নুনা থুংলরে। মখোই অত্নু হেক থুংলবগা কেতুকীনা হাইবকই—

"তাদা নখোই অনি চুন্না হাইয়ু। নত্রবদি মরাল লৈত্রবা মী অনি বদনাম য়াম্না চাওনা লৈবা তাই। নখোইনা বদনাম শন্দোকপদা থোনা ফবগুম অচুম্বা ঙাংত্নুনা বদনাম কোকনবা তৌবদস্লু থোনা ফবা উৎলু।"

রূপ সনাতন অনিত্নু কেতুকীগী মরা তাবদা করি খল্লুরবনো মপুক্লিং ফত্তবত্ত হন্দোক্তুনা খুম্নকই—

"ঐখোইনা থাঙ্গেশেংনা অহানবদা শন্দোকপনি। ওজা অমস্তুং কেতুকীগী মরাল লৈতে।"

অহুদগী দারোগা বাবুনা কেতুকীদা হাইরকই—"ইবেম্মা, নংনা হোৎনবনা অচুম্বা থোরকলে। নংগী ওজাস্থু বদনাম কোক্লে।"

অসি হাইরগা সদানন্দরোমদা অমুক হংলকই—

"সদানন্দ বাবু, রূপ—সনাতন অনিগী মথক্তা করি তৌনিংই ?"

"করিস্থু তৌরোই ইনস্পেক্টর বাবু। মখোই অনিবু য়ুমদা মপুক্লিং লৈতানা হলহনবিখো। মখোইনিগী দোষনা অরাবদা তাক্লুরবস্থু মখোইনিগী কৃপানা অমুক অবাবা কোক্লবনি।"

"মখোইদি ঐখোই ময়ামবু কীবদগী মচিন চুমকপস্থু ওইরম্বা য়াই। অদুনা মখোই মী ফত্তবদা ঐখোইনা ঙাকপিবা হৌনদে।"

"ঐহাকপু চানবিদুনা ননাই অনিসিবু ঙাকপিয়ু ইনস্পেক্টর বাবু। মখোইদি করিস্থু খংজবা নত্তে অঙাংনি।"

"ফৈ সদা বাবুনা পাম্বা অমা তৌবিয়ু।"

অসিদগী চৎলগে হাইদুনা মখোই ময়াম থোরক্লে। থানাগী লম্পাক্তা ধর্ম্মানন্দনচিংবা মরূপ-মপাং ঙাইদুনা লৈরম্বদুদা সদানন্দনা য়ারি তৌরে। য়ারিদু তারগা ধর্ম্মনা হাইরকই—

"করি য়ানো, সদা ? মখোইবু কনবিবদি শেরান্ননা পৌজাল হৈবা হাইবদুনি। মী পুম্নমক্না নংবু চিংনবা মিৎয়েংদা য়েংবা

হৌরক্লিবসি মখোইগী থবক্লনি। মখোইবু মতিক-ওকপা দণ্ডি পিনবা দরখাস্ত অমা থাসি।"

কেতুকীগী মপানস্থ ধর্ম্মানন্দগী রাতু তারগা সদানন্দদা হাইরকই—

"ইবুংঙো, ইয়াম্বনা মুন্না থিজন্দবনা থোকপনি। ধর্ম্ম বাবুনা হাইরিবসি তৌসি। অদুদদা ঐস্থ পেনগনি। ইবুংঙোনা য়াদ্রবস্থ ঐদি ইচাগী বদনাম শন্দোকপগী লমন লৌগনি।"

"করি তৌরুনি তাদা? লাইনা উরগা অদু মঙাই। মুংঙাইনা নিংঙাইদনা লৈথোকপনা হেন্না ফৈ। তাদস্থ করিমতা তৌবিরুস্থ।"

সদানন্দনা ওন্ন-তৈননা থুন্নকপদা ধর্ম্মানন্দনা হাইরকই।

"সদা, করি রাখলনো নংনা তৌরিসিবো? ফত্তববু মাংনবা তৌবদা দোষ করিমতা লৈতে। মখদি মী থুদিংমক্কী মথৌদ্বম ওইরিবনি।"

অমনা হাই য়াদা অমনা হাই তাদা সদানন্দনা ময়াম পুন্নমক্তা হাইরকই—

"ময়াম্না ঐবু মুংশিবগী তাকপিরিবা ঙাকনি। অদুবু লমন লৌবা হাইবসি মীওইবগী ধর্ম্ম নত্তে। খংদতুনা মী অমনা অমগী ফত্তবা তৌবনি। মদুদা ঙাকপিবদনা খ্বাইদগী হেনবা লমন্-নি।"

য়ামজ্রতনা মখোইস্থ করিনো হাইরগতমক তুমিন্না লৈরে। অদুদগীদি মখোই মশেল মুম হল্লকলে। কেতুকীগী মপাদি

রূপ অমসুং সনাতন অনিগী মথক্তা দরখাস্ত থাহৌখিনি হাইদুনা খরা তপথহৌই। মচাণ্ডপীনা খাম্বা য়াহৌদে।

১২

থবক কোইথি থিদুনা মী পুম্নমক্না ঙাওননা লৈনরম্মী। সদানন্দদি থবক থিবা তোক্লে। লৈকাইগী ওঝা ওইনা কৌ খরা খরা ফংবগী পেন্দুনা কুজনবা হোংকজরম্লে। শাইরিক পাক্না তন্বিদুনা লৈবনা য়াম্না নুংঙাইবা ফংলম্মী। লৈকাইগী অহল-লমনমশু চানবা হেন্নক্লে।

অশুম্না মতম খরা লৈরগা ধর্মানন্দ লাকুনা সদানন্দদা হাইরবে—

"সদা নং তারবরা?"

"করিনো?"

"দরবার মেম্বর অমগী ফম হাংলে। মী মতিক চাবা লৈববা হাইদুনা নোটিশ চংলেদনা।"

"করি তৌকনি তারগা?"

"নং দরখাস্ত থারোইদ্রা? থাদবা য়াদে। নংগী অসিদা কৌ খরা খরা ফংবা অসিনা ওকপা পোৎ নত্তে।"

"ধর্ম, ওকই, য়াম্না ফজনা ওকই।"

মাগী য়াসি তাবদা ধর্মানন্দনা ফাক ফাক নোক্লম্মী। মী খাইনা লুপা চাম্না চাম্না ফংলবা ফাওবা ওক্কে হাইদুনা য়ারি।

অঙগ, সদানন্দদি ফৌ শংবাই অনি-হুম ফংলগা ওকই হাইরিবসি অঙকপনি হায়না মা খুদিংমক্কী খনফম্মি। ডাইহাক নোকন্নুরগা শেনং দমক মহৌশনবা য়াববোই শন্দুনা মবম অম উৎতুনা সদানন্দ, দরখাস্তকি খাইদগী নিংলহুনা হাইরিকঃ—

"সদা, চুম্মি, শেল হাইনসি ওক্কে হাইবগা ওকপনি ওল্লোই হাইরগা ওক্তবনি। মশিজিন্নবদা লেরে। অদুবু হন্দক্কী দরখাস্ত অসি খাদনা য়াদবা মবম অমা লৈরে। নং মহুদ খল্লরোই।"

"করিবিনিনা?"

"মেম্বর ওইবগা তলন ফংবদুদি অনাইবনি। কনা কনাগুম্বনা তঙথব চিঙা থাদাড়ুনা লৈবানা প্রজা মযাম নুঙাইনবা থাব তৌবা ঙমগদগে হাইহুনা খন্দনবী লবক তৌবগী কোঙ্গাই অমা য়াওবা। নংম্ম মখোইদোনা থাদবা য়াদে।"

"জীবশিংগী দমক এনা করি তৌবা ঙমগনি। মপান্দা লৈরবসু এনা তৌবা ঙম্বা খবদি তৌবা য়াই ধর্ম্ম।"

"অদুবু সদা, দরবারদা লৈহুনা তৌবগা মপান্দা লৈহুনা তৌবগা মান্নরাই। অদুনা নং সইতমক তৌবিয়ু, দরখাস্ত অদু এ কৎশল্লগে।"

ধর্ম্মানন্দনা দরখাস্ত অমা টাইপ তৌদুনা পুবক্কল্মী। মহু ফঁরখাঙদগী পুখোরদুনা সই তৌ তৌ হাইনা তকশিল্লম্মী। মানা তকপা অঙদা হোই ফংগদৌবসু লৈতদ্রবু হাইহুনা সদানন্দনা মরূপকী থরাই নুংঙাইনবা হাইদুনা দরখাস্ত অদু সই তৌরে। ধর্ম্মানন্দনা দরখাস্ত অদু থারুরে।

নোংঙাল্লগা অম্বুক ঙন্তাদা নিংথৌনা কারকউ হাইনা সদানন্দদু কোম্লুং কারম্মী। মহাকপু উবদা নিংথৌনা হাইরকই—

"নং শক্তি উখ্রে, অদুবু নংনি হাইবদি নহালমখৈ থদে। নং অসিদি সদা, য়াম্না চম্না লৈবা মীনিনা নহাকপু মেৎথরগি হাপকে নিংলে। নংগী চহি মতাংগী নিপা অমতা যাওদে। অদুম্মদি ওইবগা মতিক চাবা মীদি য়াম্না য়াওই"

"মহারাজাগী কৃপানি। ঐদি বরিস্থ মতিক চাদ্রবা নত্তে। অদুক লাইরবগী চিঞ্জাক পুবা য়াগদ্রা হাইদুনা দরখাস্ত থাজবদনি।"

"সদা, ননা মতিক চাদ্রবদি কনানা চাগনি? অদু নংনু হাপ্লগে, নং প্রণামা করা বৎকনি?"

নিংথৌগী বাত্র তাবদা কবি সুংগী ধর্ম্মানন্দনা সই তৌ হাইবদা য়াজরুরবানা হাইনা খল্লম্মী। ঙাইহাক খন্দুনা লৈরে। পাওথুম খুমদবা উবদুদা নিংথৌনা অমুক হংলকই—

"হাইয়ুনে প্রণামী বয়ানোনে বৎকদৌবিববু?"

সদানন্দনা অম্মুক তোইনা হংলবদা খুমদ্রবদি ফত্রে হাইদুনা খুম্লকই—

"মহাবাজ! প্রণামী কৎপদি ঙমজরোই। মদু কৎনবা শেল লৈববদি মীনাই ওইগে হাইদুনা দরখাস্ত থাদোইদনি।"

নিংথৌনা সদানন্দগী পাওথুম অদু তাবদা শাওরপ তৌনা হাইরকই—

"নং প্রণামী কৎনৈ হাইবসিদি থদ্রা?"

"কৎনৈ হাইবা ননাই ঐহাক থংজে, অদুগা কৎফম থোকই থোক্কে হাইবসু থংজে। ননাই ঐগীদি কৎফম থোক্রবসু থোক্রবসু কৎনা করিমতা লৈজদে। লৈজদবনিনা ওইদ্রগা তোকচবা হাইবত্তনি।"

মাগী রাসি ভাবদা নিংথৌ অদু য়াম্না শাওথ্রদুনা থোল য়াকলপ তৌনা হাইরকই—

"নং রাজব্যবহার থংদ্রা?"

থুম্মবোই হাইনা তৌবদা নিংথৌনা হন্না হন্না থংদ্রা হংবদা থুমদবা য়াদত্তনা থুমলে—

"ঐগ্যা ননাই ঐহাক রাজব্যবহার থংজে, রাপা রাপা চাবদি হংগৎতবা য়াদদুনা অদুক হংগৎপদনি। মীনম্বা রাহৈনা রাজব্যবহার ওইরবদি চিরোং মথোং পানবা হাইবত্ত ওইবা তাই। মদুদি ননাই ঐহাক পামজদদুনা তৌবনি। মীনম্বনা অফবা ওইরকই হাইবসে ননাই ঐহাক করিগুম্বা মতমদা তাজরক্রি। য়াম্ন য়াজরক্রি। অদুগা হৌজিকসু য়াজবা ওমজরোই।"

"প্রণামী কৎলোই হাইরবদি নংনা থাইদগী হেন্না মতিকচাই হাইদুনসু নংবু ঐদি হাপ্পা ওম্লোই। মদুদা হাপ্তে হাইদুনা কনামতনসু করিমতা ঐঙোন্দা তৌবা ওম্লোই, মদু থংজৌ ইবো।"

"হাপ্নিদ্রবদা ঐহাক করিমতা লুংঙাইতবা তৌজরোই। অদুগা প্রণামীগী আশাদি ননাই ঐঙোন্দগী করিগুম্বা মতমদসু তৌবিদনবা হঙংচরি।"

নিংথৌন্থ য়া ঙাংদ্রে, তুমিন্না লৈরে। সদানন্দন্থ অমদমুক অমদমুক কোইরপ কোইরপ য়েংল্লুনা লৈরে। নিংথৌবু সেবা তৌরিবা মীশিং অহুম্থ নিংথৌনা শাওবা উরন্থুনা কৌবনা থক্ থক্ নিক্লুনা তুমিন তুমিন উন-রাইমুক চিক্লা লৈরম্মী। কনামতনা ববিমতা হৌদোকপা ঙম্লমদ্রে নিংথৌনা হৌদোরকপা ঙাইহ্নুনা লৈরম্লে। সদানন্দ অহুবু করি থোক্লগবা হাইনা মী পুম্নমক্না নিংথৌদা অমুক সদানন্দদা অমুক হঙ্‌ৎ-হন্দা য়েংল্লুনা লৈরম্মী।

নিংথৌনা সনাগী মচিন তোপ্পা তোংজৈ অশাংবা অমা কম্না চিংল্লুনা খুদোং ঙাইহাক ফাল্লুরগা সদানন্দবোমদা য়েংলহুনা হাইবকই—

"সদানন্দ, নংগী নতৌ য়েংগে তৌবনি। ঐ প্রণামী নমল্লুনা েৌবা মী নত্তে। অমুক্ত ফাওবা লৌরক্রি। নংবু শোইদনা হ প্লবনি মেম্বব অসি।"

ময়াম পুম্নমক সদানন্দন্থ য়াওনা নিংথৌনা শাওরম্বদগী ইফ-ফনা হাইদোবকপল্লুদা নুংঙাইবল্লুনা অকৌবা থাদোক্লুনা মোমোন মোমোন নোরম্মী। সদানন্দনা হাইবকই—

"ভগবানগী কৃপাদগী মহারাজানা ঐবু চানবিবা ঐনা কংজবনি। মহারাজাগী সেবা তৌবা ঙমজনবা হোৎনজগনি। ঈশ্বরগী থৌজাল লৈরবদি অচুম্বা লম্বিদা চৎতুনা মহারাজাগী সেবা তৌবা ঙমজগনি নিংজৈ।"

"দরবার মেম্বর হাইবসি ঐখোইগী লৈপাকীদি বিচারপতি

অখোইবনি। হৌজিক্তি সদা, নংবু বিচারপতি অথোইবা হাপ্লবনিনা নংগোন্দা ঐহাক্না হাইগদবদি শেল চাদবা বিচার চুম্না তৌবা অসিনি। অহুগা নংনা থবক তৌরিবসি নংগী নবুক খন্নবগীদমক তৌরিবনি হাইনস্থ খল্লোইদবনি। প্রজাগী মফমদা প্রজাগী মনাই ওইনা তৌষম খোকপা নথৌ অমা লৈ হাইবসিস্থ করিগুম্বা মতমদা কাওরোইদবনি। ইচা মীচা অমা খাইবা য়াদে। নংগোন্দা অমুক ঐনা শন্দোক্না হাইফম থোক্তে, নশানা মসি পুন্নমক খংহনা থবক তৌগে চোংথোর্বক্লবনি।"

সদানন্দনা হরাও হরাওনা—

"মহারাজা, স্নায়াথং ঙাক্লবা চৎচগনি। তলবকীদমক থবক তৌবা নত্তে। থবক্কীদমক তলব ফংজবনি হাইবা ননাই ঐহাক মতম পুন্নমক্তা কাওজরোই।"

নিংথৌগা সদানন্দগা মপু-মনাই অনিনা অস্নুম্না থন্নাই তাননা অমস্থং হরাওনা রা তেনশন্নবা উবদা মী পুন্নমক ক্লুংঙাইরম্মী। সদানন্দনা লৈরকপসি কুইরে খল্লহনা নিংথৌনা হাইন্নকই—

"সদানন্দ, নং রাররিনি। চৎলো নয়ুমদা পোথাক্লরো। হয়েংদগীদি থবক কাবা হৌরো।"

'ঐগ্যা' হাইনা হাইরগা সদানন্দনা খুক্ল-খুদক কুন্দুনা ভক্তি প্রণাম কৎলগা ময়ুম পাংনা লাক্লে।

মথন্নাই ক্লুংঙাইনা লাকপনা সদানন্দ অহু খোংথাং কল্লম্মী। নোংমদোন-লোমদা য়েংখৎতুনা 'ঙসি ঐনা তৌরিসিবো করিনো'

হাইনা খল্লদুনা মংলা-হারা হাইনা মথন্তা হাইজরম্মী। লম্বেলদা চৎপা মীশিংদু ঝাখলদা তাওখিবনা উরমদ্রে। য়াম্না থাজদবা থৌদোক অমা ওইনা মশাদা লৌবম্মী।,



১৩

সদানন্দনা বিদায় লৌদুনা কোম্নুংদগী কুম্লকপদা মরূপ-মপাং ময়াম পাও তাগদবগী ঙাইদুনা লৈবম্মী। ময়ামদুনা মহাকপু উবদা 'করম তৌবে, কবম তৌরে' হাইদুনা হংনবনা মহাক্কী শুমাং মাঙ্গোল অদু ইনিল নিল্লম্মী। অঙাংমচা চহি মরি মঙাদা ঙাইরিবশিং অদুনা মখোইগী মপা-মপলশিংনা লাউনবা উবদা মখোইসু মরোল ইখং হেক খংদবমথৈ ময়াম লাউবদুদা ফন্-ফন্ চোংদুনা য়াওরম্মী। মখোই ময়ামগী খৌরাংবা অদু উবদা সদানন্দনা তৌবিমল খংবগী মীনোক্লা মোমোন মোমোন নোক্নুনা চংশিল্লক্লম্মী। অদুদগী শুমাং ময়াই য়োববদা খুৎ হৎলদুনা ময়ামবু তুমিন্ লৈহল্লগা হাইরকই—

"মরূপ মপাং পুন্নমক! নখোইগী তোল্লবা মরূপ অসিবু মহারাজানা দরবার মেন্থব ওইমু হয়েংদগী থবক ঝারো হাইনা হায়বিরক্লে। অদুনা হৌজিক্তি নখোই পুন্নমক্লা ঐঙোন্দা বর পিবিয়ু থবক নিংথিনা তৌবা ঙম্নবা।"

ময়াম্না য়াম্না নুংঙাইরদুনা লাউবকই—

"মতম পুন্নমক্তা ঈশ্বরনা ঐখোইগী মরূপ সদানন্দবু চানবিবা ওইশনু।"

অহলশিংনা ফুংঙাইরে ফুংঙাইরে হাইনা লাওরম্মী অহুগা অঙাং-নরাশিংসু ভাবতি ইতা তাদবমখৈ ফুংঙাইরে ফুংঙাইরে হাইনা খংহাই খংহাই লাউবা য়াওরম্মী।

মখোই ময়াম অসুম্না ফুংঙাইমিম্নরিঙৈ মতমদা বামোন মচা অমা ময়াম মরক্তুদগী খোরক্তুনা হাইরকই—"হৌজিক মেম্বর ওইবিরবনিনা তলব য়াম্না চাওনা ফংবিরগনি। অহুনা ঐহাক মেম্বরগী পূজারি চাকথোংবা ওইজরগে।"

ময়াম অহুনা চুম্মি চুম্মি চাকথোংনবা বামোন মচা অমা থমদ্রবদি য়াম্না রাগনি হাইনা হাইরম্মী। সদানন্দনা অহুদগী হাইরকই—

"ঐগ্যা, ননাই ঐগীদি মীনা চাক থোংহল্লোই। ঐহাক লাইরনা হৌরকপনি। মতা চারুবদগী ফম নাইবা ফংলগা ঐগী হৌরকক্ষম ঐনা কাওনবা তৌনিংদে। মীনা ঐবু অচৌবনি, ফুংঙাই-য়াইফবনি হাইনা খনবদি খঞ্জসনু। অহুগা ঐনা ইথস্তবু অহুক য়াম্না থাংগৎচবদি পামজদে।"

"কবি তৌবগে? বামোন লাইরবদা থবক মচাহুমা পিরগা লুপা মঙাদং থা অমদা চাদিং তৌবদা য়াম্না চিংনবিবা করিনো?"

"ঐগ্যানা ভাব শেরাম্নবিরে! লুপাহুগী চিংনবা নত্তে। ঐ চাওক্ষম থোক্কে হাইবদনি।"

য়াবোইদোবা মতা অহু উরহুনা বামোন মচা অহুনা অমুক হাইরকই—

"লাই অমা লাংলিবসি সেবা চংপা ওমজদরে। অহুনা

মীগী চাক থোংহনা শেল থরা ফংনবা হাহী নপান্দগী থঞ্জগনি রাখলস্ব খনবিউ। ঐনা হাইজরিবসি

লাইরোমদা থোংজন্দুনা হ্মদা ঐনা পিবা লুপা মঙা তরুক মচা অহগী উপায় অমত৺

হাইবকই— য়াম্না ফজনা ওক্কনি। চাবা হাইরা

"ঐগ্যা, লাইসেবা ধাইনা ফংবা শেল অহুদি মপা মমাদা কদোগে ঐহাক থা ধনি। য়েংউ, অহু ওইববদি নংনা মবুক লৌবিবগা লাই সেবা। কয়া য়ামথ্রবনো? অহগা মসিদি নংনা ফংলোইদরা ঐগ্যা.হৌজিক্তি ইলাই লাইনা তৌবা ঙম্নগদব'নি।"

"মহুদি তানন নংনা হাইবগুম্না ঐ মী অম-নি থম্নগে। নিপাদি কদৌঞ্জে ঐবু শংবদগী হেম্না থবক লৈগনি হাইবদি

বামোনম'

নরাহৈ অম্ঐহনা মী থমগনি হাইবা তাবহুদা যাম্না মুংঙাইবহনা অহু মাগী, অহুনিদনা' হাইনা হাইবকই। অহুদগী নযাম

ঙাইম্দানন্দদা থরাই মঙা য়াওনা বব পিবম্নগা মযুম লাক্লে। হ্মথরে।

হাইরকইং নোংমা নিনি লৈবগা ধর্ম্মানন্দনা পুরক্লুনা যহু মুধু

া নিপামচা অনিথক তলব পিজহনা থম্লে। মথোই অনিহু দবংঙানবদগী মুমিং তাবা ফাওবা মুংঙাইনা ফমহনা লৈ

,ইবা য়াই। মথোইনা তৌবা থবক হাইববু মথোই অহুম োবগী কোললিক রাইরম শেংবা অহগা কৈথেলদা ঙাইহাক কোইবরোই হেঞ্জাং-নাপি লৈবা নঙনা করিমতা তৌরমদে।

 

অহলশিংনা ফুংগাইরে খামদা ওনশল্লকনা হাইরকই—

অঙাং-নরাশিংসু ভাবতি ইঙজিক্তি অচৌবা মী অমা ওইরবনি। হাইনা থংহাই থংহাই লাউবা য়াইদবনি। অহূনা ননাই-নশল

মথোই ময়াম অম্মুন্না ফুংগাইমিন্না

মচা অমা ময়াম মবক্তুদগী খোরক্লুনা দনা যানিংদবা খোম্থাংদা মেম্বর ওইবিরবনিনা তলব য়াম্না চাওনা রিহু লোইরগা অমুকসু ঐহাক মেম্বরগী পূজাবি চাকথোংবা ওইজ

ময়াম অহূনা চুম্মি চুম্মি চাকথোংনবা বগী হাইরুরবদি য়াম্না থমদ্রবদি য়াম্না য়াগনি হাইনা হাইরম্মী। সনজাং মথেল অমনা হাইরকই— । থবক পিনিঙাই

"ঐগ্যা, ননাই ঐগীদি মীনা চাক থোংহল্লো লাইরনা হৌবকপনি। মতা চারুবদগী ফম নাইবাহু থম্নগা নংগী ঐগী হৌবকফম ঐনা কাওনবা তৌনিংদে। মীনা ঐবু অ ফুংগাই-য়াইফবনি হাইনা থনবদি খঞ্জসহু। অহুগা ঐনা ফংলিনা। অহুক যাম্না থাংগৎচবদি পামজদে।" থবক্লি।

"করি তৌবগে? বামোন লাইরবদা থবক মচাহুমা ি লুপা মঙাদং থা অমদা চাদিং তৌবদা যাম্না চিংনবিবা করিল্লেল্লম্মী—

"ঐগ্যানা ভাব শেরান্নবিরে! লুপাহুগী চিংনবা নত্তে চৌবা ঐ চাওফম থোক্তে হাইবদনি।" ইয়া

য়ারোইদৌবা মতা অহু উবহুনা বামোন মচা অহুনা অমুক হাইরকই—

"লাই অমা লাৎলিবসি সেবা চৎপা ঙমজদরে। অহুনা

থম্লবদি মখোইগী মবুক অদো নংগী নপান্দগী থঙ্গগনি হাইবনি।

"মখোইগী মবুকপু থলহনবদা ঐনা পিবা লুপা মঙা তরুক অত্থনা ওক্কদবা?"

"কবিগী ওক্কনি। যাম্না ফজনা ওক্কনি। চাবা হাইরা নংগা চামিন্নগান। মখোইনা ফংবা শেল অত্থদি মপা মমাদা মতেং ওইনা পিজগদবনি। য়েংউ, অত্থ ওইরবদি নংনা মবুক থলহনগদৌবিবসি মী কয়া য়ামখ্রবনো? অত্থগা মসিদি নংনা তৌগে হাইববদি হৌজিক্তি ইলাই লাইনা তৌবা ঙম্লগদবনি।"

"ফরে অত্থদি নংনা হাইবগুম্না ঐ মী অম-নি থম্লগে। মাখোইগী থবক্তি ঐবু শংবদগী হেন্না থবক লৈগনি হাইবদি ঐ থাজদে।"

ময়াম অত্থনা মী থমগনি হাইবা তাবদুদা য়াম্না নুংঙাইরত্থনা 'অত্থনিদনা, অত্থনিদনা' হাইনা হাইরকই। অত্থদগী নযাম পুম্নমক সদানন্দদা থরাই মঙা য়াওনা বর পিবম্লগা মযুম ময়ুমদা হন্নখরে।

মতুং নোংমা নিনি লৈবগা ধর্ম্মানন্দনা পুরক্তুনা যত্থ মধু কৌবা নিপামচা অনিখক তলব পিজত্থনা থম্লে। মখোই অনিত্থ নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা নুংঙাইনা ফমত্থনা লৈ হাইবা য়াই। মখোইনা ভৌবা থবক হাইববু মখোই অত্থম চাবগী কোললিক রাইরম শেংবা অত্থগা কৈথেলদা ঙাইহাক কাইবরোই হেঞ্জাং-নাপি লৈবা নত্তনা করিমতা তৌরমদে।

নিনি মরক হুমনি মরক্তা কী-য়োন অত্থক শুরম্বা হাইবত্থমঙাই। লৈকাইগী পাখং ফাগি-জুগাই তৌগনবনা যত্থগা মধুগবু সদানন্দবু শংলিবা চৌকিদারনি হাইনা লংনরম্মী।

সদানন্দদো হৌজিক্তি মেম্বর ওইরবনিনা লৈকাইগী স্কুল-ওঝা ওইবা তোক্লে। মহাকস্থু মথক্লাই মুংঙাই মুংঙাইতনা স্কুল থাদোক্লম্মী। মাগী ছাত্র অমস্থুং ছাত্রীশিংনা মাগুম্বা মুংশিহৈবা ওজা অমা থাদোক্লবগী রাখল খল্লুবদা মথক্লাই য়াম্না মুংঙাইরমদে। অত্থম্নদি ওইরগা মখোইগী ওজাগী স্কুল থাদোক্লগা য়াইফবা হেনগৎপত্থনা মুংঙাইতবা খরদি ফরম্মী। নোংমতা তিন্নরকপা মরূপ কাইনবদস্থু রানরিবা মীওইবনি। অত্থবু ঐখোই পুন্নমক্কী নিংবা কাইনা কাইনা চান্নরবা মুংশিরবা মী কাইনদবদি য়াদে।

সদানন্দনা লৈকাই অঙাংশিং অত্থ তম্বিরিঙৈদদি তলব ওইনা ফৌ খরা খরা ফংবত্থনা অত্থম য়ারম্মী। মহাক্কী মস্থুং মী অনৌবা অমা হাপ্না অত্থদি তলব পীদবা য়াদ্রে। ফৌ খরা খরা পিরগা মাগুম্বা মতিক চাবা মীস্থ ফংদ্রে। স্কুলগী ফীভম অত্থ খল্লুবদা অমুক লৈকাই পুন্নমক রানরক্লে। কদাইদগী করি ফংত্থনা স্কুল অত্থ লেপহনবা য়াগদগে হাইবসি রাখল লাম্বা ফংনরমদরে।

অমুক য়াম্না লুখ্রবা অরাবসি সদানন্দনা ইলাই লাইনা কোকহল্লম্মী। মহাক্কী থাদা জুপা চামঙা ফংলকপা অত্থদগী তংখাই অমা স্কুলদা কৎলে। অত্থনা ওজা মতিকচাবা ফংবদা রারমদ্রে!

তলব তংথাই অমা চৎথ্রবস্থু মহাক্কী য়াম্না লেমহৌরি অমস্থুং য়াম্না কে-মোনা লৈবা য়াবনি। তৌইগুম্বস্থুং মহাক্কি মেম্বর ওইরে হাইত্থনা লুপা ২৫৲ দগী হেন্না শিজিন্নরমদে। মসিদগী যত্ত মধুগী তলবস্থু পিরিবনি। অরেম্বা অত্থনা মুখরাগী শরুক্কি হাইনা মুখরাদা পিবা লেপ্লম্নে।

সদানন্দনা মাগী খাংপোকশং অত্থদা অত্থম লৈত্থনা মাগী নিতিগী শেৎলিবা ফৈজোম ফুরিং অত্ত শেৎত্থনা অফিস কাই অফিসতা মহাক্কী চৌকী অত্থদা ফমদ্রিবা মখৈ মহাকপু শক খংদবা মীনা কবি রাথোক্লত্থনা অফিস কারক্লিবনো হাইনা নিংনরম্মা। লমজাও চৎপা মতমদা মহৌশা মাবু খংদবা মীনা কনানো মীনা লাকচথিবা নিপা অসিবো হাইনা খল্লম্মী।

কনাগুম্বা লৈকাইগী মী নত্তবনা সদানন্দগী ময়ুম্নি হাইত্থনা মাগী থংনবা য়ুমজাও কা তরেৎ শাংবা অত্থদা চৎনবনা কোঙ্গাই অমা। কবিগুম্বা মতমদা য়ুমলোন্নবা অত্থনা সদানন্দদা শাওরম্মী। মহাক লৈকাই অত্থদা সাইখোম চাওবা হাইত্থনা লুচিংবা অমা ওইনা ফাওরিবা মীনি।

সদানন্দনা অফিসতগী কুম্নকপদা চাওবনা ডাইত্থনা লৈরম্মী। করি থবক্কীনো হংবদা চাওবনা হাইরকই—

"করিনো ইবুংঙো। লৈপাক্কী চাওরবা মেম্বর অমনি হাইত্থনা লৈরে। অত্থগা য়ুম শেগাইবা অসিদা অম্লুম লৈবসিবো ঐবু লংনগে তৌরিবরা?"

"করিগী লংনরুনি, তাদা চহি ৫০।৬০ শুরবর লংনহুনা ঐগী করি লেম্মী হাইবগে? অহুব করি তৌরবগেনে?"

"মেম্বরগী ময়ুমনি মেম্বরগী ময়ুমনি হাইহুনা ঐখোইগী যুমদা নোংঙানবদগীনা হুমিং ভাবফাওবা ঙাইহাক্তা কা বা লৈতে।"

"ঐগীদমক তাদনা য়াম্না ৱাবিরে। ৱারৌবিবা য়াদে। তাদা লৈবমদ্রবদি অতৈ অমা ওইরম্নবদি কনানা খংবনো ৱা থোক্লরমগদবনি।"

"তোয়নে ইবুংঙো শোইদবনিনে।"

অসি হাইবগা সদানন্দসু ইমুংদা মফী তোংগে হাইনা চংখ্রে। থোরক্লগা চাওবনা হাইবকই—

"ইবুংঙো য়ুম অমদি শাসি, মী-পোং লাক্লগা য়েংবদা ফজ্জদেদা।"

লৈকাইগী ময়াই কারিবা লুচিংবা অহুগা মবৈ য়েৎনহুনা কান্নদে হাইদুনা সদানন্দনা "ফে, তাদা ঐ অহুক খনখিগে" হাইবন্মী। সাইখোম চাওবসু 'তোঃ অহুম তৌদনা' হাইরক্লগা মুকুম মুকুম শোন্দুনা চৎখ্রে।

সাইখোম চাওবা চৎত্রগা মধুনা সদানন্দগী মনাক্তা লাক্লুনা হাইবন্মী—

"তাদা, খুরা চাওবসি তাদা কুম্নক্রিকৈংদদি য়াম্না শাওরমখ্রবা পোৎনি।"

"করি হাইনা শাওরম্মী?"

"মহাকপু মেম্বরনি হাইদুনা খুরুম্বা অত্তগা পোৎচৈ কৎনবা পুরকপন্থু মখোইগী ইমুংদা থমজল্লোকউ, মখোইগী মুপীশিংনদি মঙোন্দা চান্নবা কৎপা ওইরমাল্লে, কোন্থংদা থংলগদি কৎলরিবা মীশিং অদুনা অমুক পিয়ু হাইসি হাইঙমদা ওল্লোক অল্লোকপা নীলাসি মখোই ময়ুমদা মুমিৎ খুদিংগী শান্নে হাইয়ে।"

ফাগিগী মশক মানবা মধু অত্তুনা খরা শাথেক য়াওনা তম্বত্তুদা সদানন্দম্থ নোকপগী লোইখম্বা নাইরমদ্রে। মখোই অনি পংনোক্তা নৌকমিন্নরম্মী।

মফী মবোলদি য়াম্না লৈজদবনিনা আলমারী অমফাওবা সদানন্দনা থনমদে। তরং-উপু অমনবা মহাক্না লাইরিক তম্বা চৎপদা পুনরম্বা অদুদমক লৈজরম্মী। অঙম্বা ইনাক-কৈরাক খুনবগী ইমুংদা থমগদবা পোৎ-চৈ মুংজে মমল য়াম্ন-য়াম্নবম্থ গম্বা ঙম্মক মহাক করিমত্তা থমগে নিংলমদে।

খাংপোকশং অদুনগা থাঙ্গমক শেংবা খাংপোক্লি হাইবদা করিম্থ চিংনফম লৈতে। মিহুৎথোংগী মহক্তা ফক্লাংদা মফম অদুম মরিখক হুৎলগা শল্থি চেনা থোংনা ওইনা তৌরম্মী। সদানন্দ লৈতবা মতমদদি কনাগুম্বনা মেম্বর লৈববাগা হাইনা হংলরবদি মদুগা মধুগনা খাংপোক শংবা মেম্বরবু গিবিরিবরা হাইনা মখোইনা অমুক হংলম্মী। অত্তাবা মীনা ইঙক ঙক্লা মখোইগী রাহং অদু তারম্মী।

লমজাও চৎপদা মী অমত্তা সদানন্দগী মতুং ইন্দুনা থৌগল তৌরমদে। নোংমদি মধুনা যদুদা হাইরম্মী—"যদু, ঐখোইগী

তাদা সদানন্দসি ঐখোইবু মনাই ওইনম্নু থম্মে। মা অম্মক য়াম্না চাওখ্রবা অসিবু তাদা কৌ হাইরি। অদুবু মহাক মথন্তা লমজাওদা চৎপসি ফত্তে, মী থ্বাইগীদি চৈ-পাইবা থাংমৈ-পাইবা মী অনি-অহুম ইল্লি। ঐখোইস্সু ঐখোইনিগী মরক্তা অমা ইনগে হাইস্লিদনা।"

"কৈ, হাইসি, অদুগা ইনবদি অয়াম্বা মতমদা ঐ ইনগে।"

"করিগীনো ?"

"মহাকপুদি ঐখোইনা তাদা তাদা হাইনি। মী অঊবনা মনাইনি হাইবিরোই, ঐবু মনাওম্লুপা ওইবমাক্লে হাইবস্নু মঙাই।"

"ঐখোই অনি অমুমুক চৎমিন্নসিদা, নথন্তা চংকে হাইস্নু।"

"হোয়দা, মতুবুদি লাইরি। অদুবু মহাক্না য়াবিগদবা অদুদুম হান্না থম্দোকখো।"

মখোই অনিনা অস্তুম ঙাংনবিঙৈদা সদানন্দ চংলক্কুনা কবি রাবি শাবি ইনাওশা নখোইনিদি হাইবম্মী। মখোইনা মবোল পুন্নমক তম্লে। মতু তাবদা সদানন্দনা হাইরকই—

"নখোই ইনবিদ্রবস্নু ইথুং পাল্লি চৈ পাইনবা, অদুগা কনানস্নু করিস্নু ঐঙোন্দা য়ৈগে চৈগে তৌরোই।"

মস্তুম তৌদুনা যতু মথুনা য়াম্না হাইজ-খোংচরবা ফাওবা সদানন্দনা কবিমতা য়াবিবমদে। মনাই নিপা অনিনা তুং ইনগে য়াদে হাইদুনা কপ্-কপ্তুনা লৈহৌই।

মহাক কবিগুখা মযমদা সরকাবগী থবক্কীদমক চৎপদা

মোটরস্থ রেল গাড়ীস্থ থার্ড-ক্লাসতা ঙাক্না চৎলি। মহাক্না মেম্বরগী ফার্ষ্ট-ক্লাসকী শেল পিরিবনি। থার্ড-ক্লাসতা চৎপনা নোংমতা ফার্ষ্ট ক্লাসকী বিল শাহ্না শেল লৌথোক্লে। প্রজাগী শেল অরেম্বদা মাংহনবা চুমদে হাইনা খল্লম্মী।

নোংমদি মাগী মতৌ খংদবা কেরাণী বাবু অমনা বিল অসি ফার্ষ্ট-ক্লাসতা শাসি, শেল অহু তোংগনি হাইনা হাইরম্বদা মহাক্না থুম্লম্মী—

"ঐগী ফনবা খল্লিবা বাবু, নংগী রাখল অহুগী ফলদি অফবা ওইরোই। অওইবদা শাও।"

কেরাণী বাবুনা ইকাইবদগী মমাই ঙাংনা ঙাংনা রা ক্বিমতা হাইবা ঙম্লমদে। সদানন্দনা হাইবা মতুং ইন্না অহুম তৌরম্মী।

মমান্নবা মেম্বর অভৈদগী চম্বদা, চাওথোকপা হৈজদবদা মহাক্না ইস্তোপ তোপ্লা উবদা চাওথোকপা চাওনিংবা কেবা-মৌবা পাম্বা জগৎনা মহাকপু অওকপা মিৎয়েংনা যেংলম্মী। কনাগুম্বনা মাগী মতৌ অসি তমজবা ঙম্লবদি হাইনা শোম্লবস্থ য়াওবম্মী কনাগুম্বনা মাগুম্বঙাক্তা ঙাইরবদি লৈবাকসি মুংঙাইগদবনিকো হাইবম্মী। অমুক মীনোক-চাওবা কনানা মুখরা খাইনবগী মৈচাক্না জগৎ পুম্নমক অসিবু করিস্থু ওইনা উখিত্রবরা হাইনস্থু হাইনরম্মী। মা-মানা ঙম্বা ব্যাখ্যা পুথোক্লুনা সদানন্দগী অচম্বা শাজংকী রা ঙাংনদবা কনামতা য়াউরমদে।

সদানন্দস্থু মাবু থিনা ঙাংনবা ফজনা ঙাংনবা ইভক্তভনা তারম্মা। মীনা থাগৎলকই হাইবগী হরাওবস্থু লৈতে, অহুগা

মীনা থিনা ঙাংনরকই হাইবগী শাওবস্ত লৈতে। মাবু থিনা ঙাংনবগী র্‌া মক্রপ-মপাং কনাগুম্বা অমনা তম্নরগা মহাক্কা অস্নুম্না হাইদোক্কই—

"ঐবু থিনা হাইরকপদো ঐবু মুংশিবদগীনি। মখোইনা ঐগীদমক খনবিব্বদি ইপা-ইমাগী থবক তৌবিবনি। মরম অসিনা মখোইগী মফমদা ঐহাক লমন তোল্লবনি।"

১৪

সদানন্দনা থবক তৌবা থা অমা ফারগা পয়লা তারিখ হুমিগুী চন্দ্রশেখরনা কোইথোক্কদবগী মাঙ্গোন্দা ইদাক থক্নুনা লৈরম্মী, মুখরানা উখোংদা মিংশেল অমা ঙাবত্তুনা মশম হাংলম্মী। মখোইনি তুমিন তুমিন অতুম লৈরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা চন্দ্রশেখরনা র্‌া হৌদোক্লকই—

"মুখরা, ঐদি সদানন্দতু য়াম্না চিংনত্লনা লৈবগনি। নংবু অমুক পুখিদরা হাইনত্নম খল্লুরে। অদুবু কোম্ংদদি চিংনবনা অরানবা ওইরম্মে।"

"অহানিদনা হুরানবা মশক থংদবা মপুনা নরুক তাই হাইবত্তনি।"

"মুংশিখরেদা, মাগী মরা তাবদা ঐদি মুংঙাইখ্রেদা।"

"অফবা মীবুদি মুংশিদবা কনা লৈবগেদো।"

"নংস্‌ু হাইগু, অফবা মীত্ববু করিদোনা হুন্দোক্লম্মী।"

"ঐনা পংজবনা থোকপনি। হৌজিকা ওইয়দনা নংগুম্বা লিশিং য়াংথৈ লাকুনা ঐনা শম্না অম্মা ফাওবা মাগী মফমদগী চংথোকপা হাইয়ে।" [redacted]

অহুদগী চন্দ্রশেখর অহু রা অমতা খুম্নমদবমথৈ হিদাক থকপা লোইরম্বনা লিচৈ অকোনবা অমা পাইরম্বুনা কোইবা থোকখ্রে। সদানন্দম্মু মুখরাগী শেল পিগে হাইহুনা মথোই-রোমদা লাকপদা কোম্ম্বোংদা চন্দ্রশেখরগা ওক্নরে। হেক উবদা মহাক্না সদানন্দদা খুরম্মী। মহুগী শুমিত্তা খুরম্বা অহুদা ওক্লহুনা সদানন্দনা হংলকই—

"করিগীনো ওসি ঐঙোন্দা খুরুম্নিবসিবো?"

"নংগুম্বা থৌনা ফবা, পুকচেল ফজবা, নশাগী কান্নবা থ্যদোকপা মীবু ঐনা লাইগী দূতনি লাইমক্নি হাইনা লৌদবা ওমদে। অহুনা নংবু ঐনা খুরুম্বনি ইবুংঙো।"

"ঐদি থৌনা ফত্তেনা। তোল্লবা খিবিক্তগী তোল্লবনি হাইহুনা খংজরনি। ফরে, অহুদি অহু ওইখরে। হৌজিক য়ুমদা ঙাইহাক্তা লেংশনলুখিসি, ঐ মুখরাদা শেল খরা পিগে লাক্লিবনি।

তত্তুনা চিংনরম্বা চন্দ্রশেখর অহু ওসিদি করিগুম্বা অমতা চিংনত্রবনিনা অম্মুম্না হাইরকই—

"ইবুংঙো, নং অহুম চংহুনা পিরু, ঐ করিমম্না নংবু চিংনদে।"

অমুক্তদি চংমিন্নরুখিসি। তম্বা ওমদে মীওইবগী লাইবক।

কনাগুম্বা অমনা শুঙ্গা শাগৎতুনা বদনাম তৌরবদা ইমিৎনা উহৌদুনা ইশানা সাক্ষী ওইহোবা ঙম্নবদি চিংনবা কোকনি।"

"চুম্মি মত্থগীবুদি। চৎসি খাঁও।"

অসুম্মা হাইনদুনা সদানন্দগা চন্দ্রশেখরগা মখোই অনিদু চংমিন্নরক্লে। ইমুংদা মুখরাদু চংখিবদা ঙাইদনা মখোই অনিসু ইমুংদা চংদুনা ফম্মিন্নরে। সদানন্দনা লুপা লাম্থোকতুনা মুখরাদা মহৌশাগী মতৌগুম পিরগা চৎলগে হাইনা হোগৎপদা চন্দ্রশেখরগা মুখবাগা অনিনা ঙাইহাক ৱারি শাখিসি হাইদুনা থাম্লম্মী। সদানন্দসু কৈ হাইদুনা ফমথদুনা মখোই অদুম ৱারি শাই। অহানবদা অনা-অয়েক লৈবরা লৈতবরা হাইনা ৱা হংনবগা মুখরানা সদানন্দদা হাইরকই—

"ইবুংঙো, নহাক্তি হৌজিক লৈবাক্কী চাউববা দববার মেম্বর ওইবে, লাইরিক তম্বা লোইদুনা থোরকপদদা অচৌ-অশাংগী মচা-মশু কয়াদা পিগে হাইরম্মী। হৌজিক্তি অমুক হেন্না পিগে হাইরগনি। ঐহাক্তি নংনা সুপী অমা থিরবদি নখোই অনিনা সু ঙাইবা সংসাব অমা পানবদু উরগা য়াম্না পুক্নিং সুংঙাইজগনি।"

চন্দ্রশেখবনা মুখবাগী ৱাসিদা অমুক নোপশল্লকই—"চুম্মি, মহাক্না হাইরিবসি য়াম্না চুম্মি। নংগী হৌজিক্তি করি অৱাংপা।"

মখোই অনিগী ৱা তারগা সদানন্দনা মোমোন মোমোন নোক্লম্মী। মখোই অনিনা সদানন্দগী পুকচেল অমদি মানা খঙবা ৱাখল অদু খংদদুনা হাইরিবনিকো হাইনা সদানন্দনা নোক্লম্বনি। সদানন্দনা মখোইগী ৱা তারগা খল্লম্মী—অঙকপনিদা

হে ঈশ্বর জগন্ত্রা লৈরিবা মী অমুক য়ামখুবা অসি রাখল অমমমগী ইচেলদা মমাই লৈত্তনা চেল্লিবসি। কনামনা মপান-নাইদ্রবা লন-থুমগী মথক্তা নেৎত্নুনা পানবা পাম্মী, কনামনা অসিগুম্বা মুংঙাইববু অরেম্বনি খল্লি, কনামনা মশাগী চাবা শেৎপা মুংঙাইরগা লোইরে হাই, কনামনা মীগী সেবা তৌরগদা মুঙাইজৈ হাই, কনামনা মীগীসু খংদে মশাগীসু খংদে মানা নিংজরিবা ইষ্টদেব অত্থদবু নিংজরগা লোইবে হাইরি। অমুক য়াম্না মচিন লোংবা পুক্লিং ময়াম অসি শেম্লকপা লাই অত্থবু মপুক্লিংদা কোরত্নুনা সদানন্দনা খুরুম্লম্মী। অত্থদগী ফোংনা মুখরাগা চন্দ্রশেখরগদা খুম্লম্মী—

"মীওইবা হাইবসি নিনিগীদমক্তনি। নহাক্নরাই নংলিঙৈদা কনাসু ঐঙোন্দা মচা পিগে হাইদে। হৌজিক মুংঙাইরে হাইরিবা কাল অসিদা পিগে হাইরবা য়াই। অত্থবু ঐনা মুংঙাইবসি কয়া কুইনি মফম খংবা নত্তে। লক্লিদা পোক্লকপা জীবননি, লক্লিদা পাল্লিবনি। অত্থনা ঐনা হৌজিক কনামতগী মচাবু মুপী ওইনা লোবা ঙম্লোই।"

চন্দ্রশেখরনা মাগী পাওখুম অসি তাবদা মথরাই মুংঙাইত্রনা হাইবকই—

"ঐতনা অকাইবনি। ঐবু ঙাকপিয়ু ইবুংঙো।"

মুখরানা মাগীসু মরাল লৈ হাইবা খন্দুনা মচিন থোক্লা অরানবা উৎচরক্তুনা হাইরকই—

"নখোই কনামতগী দোষ নত্তে ঐতগী দোষনি।"

চন্দ্রশেখর অমসুং মুখরানা মথল্লাই শোক্লা হাইরকপা অহু তারগা সদানন্দনা থেমজিল্লম্মী—

"ঐখোই কনামতগী দোষ নত্তে। ঐখোই লোইনমক চুম্মি। ঐখোইনা মুংঙাইবনি খল্লিবা পোৎ অসি মুংঙাইবা অশেংবা অমতা নত্তে। অহুনা মসি খংদবদি ঐখোইগী সমাজগী শিক্ষা-দীক্ষাননি। কনাবুসু দোষ পিরুহুনা কান্নদে।"

মুখরানা হাইরকই—"ইবুংঙো, নংবু ঐনা কাওবা ঙমজদে। ঐনা লন-থুমগী মুংঙাইববু মুংঙাইবনি খল্লুহ্না ইবুংঙো নংগী অচুম্বা লম্বেল অহু খংবা ঙমজদবনি। ঐবু ঙাকপিয়ুকো।"

"নংবু ঐনা করিগী দোষ লৌরুনি। ঐঙোন্দা ঙাকপিহ্ন হায়জবা য়াবা দোষ অমতসু নং তৌদ্রি। নংনা তৌবা থবক খুদিংমক ঐনা য়াহুনা তৌহনবা ঙাক্কনি।"

অহুদগী চন্দ্রশেখরনা সদানন্দদা হাইরম্মী—"ইবুংঙো, নংনা মুখরাদা পিরিবা লুপাসি ঐখোইনিগীদি য়াম্না কান্নৈ। অহুবু মসি পিবা তোকলো।"

"মহু হাইবিগন্নু। ঐগী তৌফম থোকপা তৌবদা য়ৈথাইবনি। মহুদি নখোই অনিনা তৌবিগন্নু।"

"ঐখোই পাপ চেল্লবনা নংগী পুণ্যগী ফল ফংবা হৌনদে। অহুনা হায়জবনি ইবুংঙো।"

সদানন্দনা চন্দ্রশেখরগী মথল্লাইদা চাক্লিবা মৈ অহু কোরুবা হাইহুনা অমুক থুম্লকই—

"খংনা খংনা কনানা পাপ লংজে? নখোই অনিবু ঐনা পাপ চেনবা ফংবনি হাইনা করিমতা লৌবা ঙম্মোই।"

সদানন্দনা ফজ-ফজবা, থুন্ন-থুন্নবা ৱাহৈনা মখোইবু থেম-জনবহুদা চন্দ্রশেখরনা হাইরকই—

"ইংঙো, নংনা শাওবিদ্রবদি ৱা অমতা হাইগে।"

"হায়বু, করিগী শাওরুনি?"

"নাহ মুখরা অসি য়ুম-লৈম ওইনা থমদ্রবস্মু মীনাইশংদা থন্নবা পুগে হাইরবস্মু পুখ্রো হাইববু করি হাইবগে।"

মাসি হাইবা হেক লোইবগা মুখরানা য়েক্তুনা খুন্নকই—

"বার ৱানো নংনা হাইরিবহুবো? ঐহাক্না চংহুনা মাগী শেংলবা য়ুম অহু মাংহনবা য়াব্রা? অহুগী শরুকপুদি তশেংলবী মীনা মনম লেংখিদ্রিবা লৈরাং অমনা মহাক্না চরণ সেবা তৌনবহুম ঐখোই অনি চংহুনা থিসি।"

মখোই অনিনা হাইরিবহু সদানন্দনা করিমতা য়ানিংলমদে। মহাক্না য়ানিংদবহু উৎলগা মখোইনা মথরাই হুংঙাইখিরোই হাইনা খন্দুনা য়াদবগা মরম পিহুনা থেমজনগে নিংলম্মী, অদুনা মখোই অনিমক্তা তম্না হাইরকই—

"নখোংনা ঐবু হুংশিহুনা হায়রিবদো ভাবদা ঐ পুক্লিং য়াম্না হুংঙাই। অহুম্নদি ওইরগা নখোই অনিনা হাইরিবদো ঐ করিমতা তৌররোই। মহুগী মরমস্মু তাও—চন্দ্রশেখরনা মুখরা নংবু লৌবদি কামগী মনাই ওইহুনা লৌবা নত্তে, য়ুম পানবা ঙম্নবা লৌবনি। অহুনা চন্দ্রশেখরগী হুংঙাইবা থুগাইনবগী

মশক ওইবা থবক ঐহাক তৌনিংদ্রে। অদুগা সমাজগী চৎনবীসু মুখরা নংনা ঙাক্তবা য়াদে। নত্রবদি, নহাক্না ঐগীদা অমুক হল্লক্লবদি নহাক্কী বদনাম লোইবা নাইবোই। ঐদি সমাজগী বদনাম করিমত্তা কীদে। অদুগা মুখবা নংনা ঐবু মুপী অমমুক খিনবা হাইবদো ঐ তৌববোই। কবিনা, নংবু ঐনা ঐখোইগী মুমদা লৈবিঙেদা কযা অরাবা পিখি। অমুকসু অদু মঙাই মুপী অমা লাল্লগা অরাবা ফংলোই হাইনিংঙাই লৈতে।"

চন্দ্রশেখরনা—"কবিগী অরাবা ফংলুনি? মুখবাগুম্বা পাপ-চেনবী অমা লাল্লবসু হৌজিক্তি মখোইনা নিংজবা লন-থুমগী মুংঙাইবা হাইবদু হৌজিক্তি ইরাই লাইনা ইবুংঙো নংনা পিবা ঙম্লগনি। মদুগী কবি চিন্তা লৈ?"

"মুখবাগী মফমদা ঐগা তোঁগদবা ইথৌ লোইদ্রিমখে ঐ অতৈ অতোপ্পা অমবু লোবা ঙম্লোই ঙসাইনা হাইখ্রে, ঐ ঙম্লবোই হাইনা। নখোই অমুক হন্না হাইরগনু। মসিগীদমক থল্লুরল্ল নখোই লোইনা লৈবিঙেদা ঐগী কনা রাৎপগে?"

চন্দ্রশেখরসু মুখবাসু কবিমত্তা ঙাংদ্রে। তুমিন্না মুংশাস্বব মপি হোল্লদুনা লেবে। ঙাইহাক লৈবগা সদানন্দনা 'ঐ হৌজিব থেংখরে চংলগে' হাইবগা মযুম পাংনা লাক্রে। চন্দ্রশেখবগা মুখবাগনা মহাক্কা মতৌ অদু থল্লুবদা ইঙক ঙকুনা মখোই মশেল যেংন য়েংনদুনা লেহৌবে। অদুদগী মুখবানা হাইরকই—

"ঐদি নহালমখৈ মাগী পুকচেল খংলমদে। ঙসিদি মুন্না খংলে।"

"ঐস্মু ঙসিদমক খংই। কনাবুস্মু মহাক্না তাথিবা লৈতে, মী খুদিংমকপু মরুম অমা-অমা পিত্তুনা মপুক্রিং পেন্নবা তৌই।"

অসি হাইবগা চন্দ্রশেখরদো কোইথোকপা থোকত্রে, ফমুংদা চংতুনা মুংঙাইববা ইংলবা মমাংঙৈদা থোকখিদবা রাখল অমদা মপুক্রিং অত্থু লুপতুনা ফমুংদা মশা অত্থু তিংথোক্লত্তুনা পোথাখত্রে।

মুখবানা ইমুংগী থবক অমা তৌনবা চংখ্রে। ধুপ থাওমৈ পুখোবকতুনা নাপী মকা অমতা তাদ্রবা শুমাং ময়াইদা মনা পুংনা তৌববী বৃন্দাদেবীগী চবন্দা কৎতুনা খুরুম্লম্মী। বৃন্দাদেবীগী মখোংদা মপি ওবো ওবো শিন্থবত্তুনা কপতুনা শোল্লম্মী—

"কৃষ্ণ ফংবগী অথোইবা মতেং পিবিবী ইমা ইবেম্মা বৃন্দাদেবী, ঙসি ঐনা শিন্থবিবা পাপকী পি অসিনা শেংলবা নখোং অাস মা হল্লে হাইত্তুনা য়ারৌবিগন্নুকো। মসি ঐগী পাপকী প্রায়শ্চিত্ত ওইজগেকো। থম্মোইনুংদা কৃষ্ণগী চরণ ফংজবা পিনবিয়ুকো ইবেম্মা।"

অসি হাইত্তুনা ওঃ খোংনা কপতুনা অতৎপা লৈতবা মন্দাকিনীগী ইচেনগুম পি শিন্থরত্তুনা বৃন্দাদেবী মখোংদা তুত্তুনা লৈখরে। চন্দ্রশেখরনা মাগী কপ্পা মখোলত্থু তারগা কপশন্নু মাস্থু য়াওনা কপকনি, অত্থুম্না কপ্লগা মুখবা মবানিগী প্রায়শ্চিত্ত ওইশন্নু হায়না ফমুংদা থরো থরো ওন্দুনা কপ্লম্মী।

১৫

সদানন্দনা চন্দ্রশেখরখোইদগী ময়ুম পা'না হল্লকপদা মকুবোক হাইবদি মুখরাগী মপা বকুলন্তু লম্বেলদা ওরবে। মকুবোক্কা মমাই পুবা ওমদহুনা মহাক্কা উননিংদবদগী লৈথোক্কুনা উশন্নদনা চৎকে তৌবদা মী হাংমনখ্রহুনা লৈথোকপা লায়ম ত্র। মকুবোক উবদা সদানন্দনা তরাম তরান্না খুরুম্ন'ম মকবোকশু খুরুম্বন্তু ওক্রুহুনা হংলম্মী—

"ইবুংঙো, কদাই চৎলুই?"

"ঐহাক মুখরাখোইদা শেল থিল্লুবদগী হল্লক্লিবনি।"

"ঐখোইদা চৎলুখিসি, ভাইহাক্ত ফমলুখিসি" হাইহুনা সদানন্দন্তু মকুবোক্কা লোইননা লাক্লে। বকুলনা ময়ুম যৌরগা মমাক নিপাহুবু কমহল্লহুনা ব্রারি শারম্মী। অশুম ব্রাবী শাবদা বকুলনা হায়রকই—

"ইবুংঙো, নংদি তলব কয়া ফংই?"

"তলবতি লুপা চামঙানি ঐনা ফংজবা।"

"থাদা কয়া য়াম্না লেম্মি?"

"করিস্থ লেমদে হাইবা য়াইমা!"

তলব অহুক য়াম্না ফংলগা করিমতা লেমদে হাইবত্তদা ওক্লহুনা বকুলনা হংলকই—

"স্কুলদা তংখাই অমা পিথোকই হাইবা তাই অহুগা অরেম্বন্তু থরদমক নংগী খাক্লগা মুখরাদা লোইনা পিথোকখ্রববা?"

"অহুনি হোই!"

"থংদ্রেনে নংগী নত্তৌ অসি। মুথরাহ্ নংগা শম্নবদগী কয়া মুংঙাইরে। অদুবু নংগী থরচা মতৌদুদি মীনা নোক্নবা য়াবা মতৌনি।"

বকুলনা অসুম্না হাইরিঙৈদা চাওবী থোরক্নুনা মখোইনি ঙাংনবিবা অদু তারম্মী। মরানা ঙাংবা হেক লোইবগা চাওবীনা হাইরকই—

"ঐখোইনা পংদুনা তৌবনি। ইচানুপীদু হৌজিক ফাওবা সদানন্দদা লৈজরম্লবদি চাবা শেৎপা রাৎতবদা নত্তুনা লৈবাক্কী ইবুংঙো-ইবেম্মশিংগী মরক্তা অমা ওইজরমগদবনি।"

চাওবীনা অসুম মথরাইদা মুংঙাইতদুনা হাইজবসিদা বকুলনা খুম্নকই—

"করি রানোনে হায় মুপী, নংনা থংদ্রবনিনে। নংগী নয়ানুপা সদানন্দ অসিদি মীওং অমনিনে। মহাক্না হৌজিক ফাওবা মুথরাবু লৌরম্লবদি নখোইগী নচানুপী অসিদি মুংঙাইবা হাইয়ে! ছিঃ কৈদগী! মাগী তলব অদুনা মী অভৈদা দান অদুগা নচানুপীনা ফদি-ফরা শেৎতুনা মীরৈবাক মচাদা কোয়েৎ মচা য়োনবা অসি নত্তুনা করি ওইগনি। হৌজিক য়েংউ, মী অতোপ্পা অমদা লৈবদগী নচানুপীনা লুপা চনি চহুম লেম্না ফংজবা ওম্লিবনি।"

সদানন্দনা বকুলগা চাওবীগগী রা অদু অদুম তারম্মী, করিমতা খুম্নমদে। চাওবীনা বকুলগী মরাহ্ তারগা খুম্লম্মী—

"হোয়দা! অহুবুদি নংনা হাইবহুনা য়াম্না চুম্লিবনি।" অহুদগী সদানন্দরোমদা য়েংত্তনা হায়রকই—

"ইবুংঙো, নশা নউ ফনা ফরি, না-য়েকপদি তৌদমাল্লেদনা।"

"অহোই অহুক য়াম্না লৈতে।"

"করি চানি ঐখোইগীদা নংনা ঙসি লাকপসিদি? ঐখোইদি অনংবনিনা নংগুম্বা মীগী সেবা তৌবা ঙম্বা পোৎ নত্তে।"

"পুম্মোক ওকচরে! কবিমতা চাজরোই। হৌজিক হল্লগা চাক চারুবনি।"

"খংদে, ইকুখোইস্ু লল্লোন-ইতিক খবা তৌবস্ু করিমতা কান্নবা ফংদ্রে। নংবদি নোংমা নোমগী হেঞ্জল্লক, করি অমুক হাইকনি।"

"অমুক নং অমুক মুংঙাই হাইবসিদি মীওইবা পুন্সিগী পথাপনি হাইবদাইদো। লল্লোনবসি অমুক মাং অমুক তোং হাইবত্তনি। ঐহাক ঙসিদি হঞ্জরগে, নোংমা অমুক ইকুবোকখোই খুরুম্বা লাকচগে। ঐবু কাওবিম্ু। ঐগী হাইববু ইকুবোকখোই ইনেমবোকখোই নত্তনা মী কনামতা লৈজবা নত্তে।"

"এঃ এঃ, করি ৱানো নংবু ঐখোইনা কাওবা ঙমব্রা?" হাইনা বকুলগা চাওবীগনা খুম্লগা হাইরকই—

"চৎলো থেংখ্রে। নোংমা মুখরাখোইদা চৎপা মুমিত্তা ঐখোইসিদা চংলকউ। ৱারি-ৱাতাই শাসি।"

অহুদগী সদানন্দ থোরক্কুনা ময়ুম থুংলরে। বকুলগা চাওবীগস্ু 'মসিগী মতৌসিদি করিনো' হাইনহুনা লৈহৌরে।

সদানন্দনা ময়ুম য়োরগা যত্থগা মধুগবু কৌবদা মখোই অমতা ময়ুমদা লৈরমদ্রে। ঙাইহাক লৈরগা গোপাল কৌবা পাখং মচা অমগা লোইমিন্নত্থনা মখোই অহুম মরি মরি লাক্লম্মী। সদানন্দনা কদাইদা চৎলুই হাইনা হংবদা চাক থোংবা লোইরত্থনা থাবল ফবদা কোইনিংত্থনা ঙাইহাক গোপালগা লম্পাক্তা রারি শারুবনি হাইনা খুম্লম্মী। সদানন্দনা য়ুমদি মথস্তা হুন্দোক্লিবা করিগীনো হাইনা হংলকপা য়াই হাইত্থনা হংদ্রিবৈঙদা হান্ননা মধুনা খুম্লকই—

"ঐখোইগী য়ুম অসিস্থ হুরানবনা পাম্বা করিমতা লৈতবনা ঐখোইনা থৌশাক্লদ্রে তাদা। অত্থদা চৎস্থ চৎলোইদবনি, গোপাল লাকপত্থদা অনৌবা সঙ্গ অমা ফংলে হাইত্থনা তৌবনি।"

সদানন্দ য়ুম শংদে হাইবগী করিমতা শাওবা লৈতে, অদুনা মত্থগীদমক্তি করিমতা চৈরমদে। গোপাল হাইবত্থ কনানো হাইনা হংলম্মী। মধুনা নোক্ল নোক্লত্থনা হাইরকই—

"গোপাল হাইবদি হন্দক মেট্রিক থারুবা নহালমুক তাদা উনবা লাক্লম্বত্থনি।"

"উম। ইবুংঙো গোপাল নংদি পরীক্ষা ঙম্লবরা?"

"ঙমজরে। বৃত্তিদি ফংদরে। অত্থ থবক মচা অমতং মেম্বরনা চানবিত্থনা পিবিরবদি হাইনা খঙগে লাকপনি।"

"ঐদি থবক হাপ্পা ঙমলোইবো। নংনা মতিক চারবদি করিগী ওইদনি। দরখাস্ত অমা কদাইদনো নংনা তৌনিংবা মফম অমদা থাজল্লু।"

"মেম্বরনা তৌবিগে হাইরবদি ইলাই লাইনা ঙম্মী। অমভংদদি কপা তৌবিউ। অনংবা মচানিনা অতৈ উপায় লৈত্রবনি।"

গোপালনা অসি হাইরগা যহুনা সদানন্দদা হায়জরকই—

"তাদা, নংগুম্বা মেম্বরদি মী শেম্বা কয়া ঙম্মি। নংস্থু করিগী ঙমদনি। ঐখোই পুম্নমক্কী মাই ওইনি, গোপালসিদদি শেম্বিশিবা।"

সদানন্দনা মাগী ৱাসি তারগা নোক্ল নোক্লহুনা হাইরকই—

"ইবুংঙো গোপাল নংস্থু তাও, অহুগা যহুগা মধুগা নখোইনিস্থু তাও। ঐ করিস্থু লৈতবনা মীবু শেম্বা ঙমদে। মীবু শেমগদবদি ঈশ্বরতনি। মহাক্কী মতিক-চাবা জীব অমা ওইনবা হোৎনৌ, অহু ওইরবদি ঐঙোন্দা থনবদগী, মহুনা হেম্না থুনা কান্নবা মহৈ ফংগনি। মতিক চাবা অমা ওইবা ঙমদ্রবদি ঐনা লক্ষা হুংশিহুনস্থু লৈবাক্কী থবক্তা ঐহাক্না করিমতা তৌফম থোক্কে অহুগা তৌবস্থু ঙম্লোই।"

অঙাংনি হাইদে মখোই অহুম লৈরম্লিবহু চুম্বোইনা চুম্বোইনা হাইহুনা ময়া কা কাহুনা লৈরম্মী। গোপালহু চৎলগে হাইজহুনা মখোং থাংদোক্কে তৌবদা সদানন্দনা চাক চারগা চৎখো হাইনা খাম্লম্মী, অহুগা হাইরকই—

"মধুগী মখুৎ চাদ্রা নংবু ইবুংঙো?"

গোপালনা চাজে অহুবু ঙসিদি চাজরোই হাইনা হাইরবদা চাদবা য়াদে অম্মুক থেংখ্রবদবো হাইহুনা মখুৎ পাইহুনা

সদানন্দনা চিংশন্দুনা মখোই মরি চাক চামিন্নবগা গোপালবু থাদোক্লম্মী। গোপালনা শ্রী খুনবা হাইবসি মত্তিক চাদবা মীদন্না খনবা হৌনবোইবে হাইত্তুনা খন্না খন্না চংখিরম্মী।

মখোই অহুম তুম্লহুনা অহিং নোংয়াই মতুং পুং অহুম্রোম তাবগী অহুল্লাইদা তোক তোক লাউবা মখোল অমা তাই। যহু মধু অনিহু তুম্বা কাইরনি হাইহুনা হৌদোক্লমদে। মহাক অহুম মখোলহু তুমিন্না তাহুনা লৈবম্মী। মিনিট মঙা তরুক লৈরগা মমাই মমিৎ খুমজল্লহুনা নিপা অমা শনামহি কাচিন্দগী থোবকতুনা থোং হাংদোক্লম্মী। থোং অহু হাংলগা নিপা মাইখুম্বা তকক খক চংলক্লুনা মথুম্ভা থাংশাং অমমম পাইহুনা সদানন্দগী ফমুংলোমদা চংলকই। মখোইনা তুমিন্না চংলকপনা যহুগা মধুগা নাখোকতুনা অহুম তুম্লম্মী।

নিপাশিংহুদগী অমখক্লা সদানন্দদা নোমহুনা তৌদোক্কে হাইহুনা মথুৎ তিংথোক্লকপদা সদানন্দনা হাইবকই—

"কনানো, কবম্বা বিচাবদা ঐনা লানবা য়াওবম্লে, নখোইনা থাংশাং অমমম পাইহুনা লাক্লিবদি?"

"বিচাবগী ব্লা নত্তে। শেল অবৈবমখৈ লাম্থোকলকউ, নত্রবদি থব্লাই থাগদবনি।"

"অহুদি নখোই লুট তৌবা লাক্লিবোইবে?"

"মানি। থুবো, নোংঙান্দোবে প্রেৎ প্রেৎ তৌবো।"

"করিমতা কিগন্নু! ঐনা নখোইগী নিংবা ভম্বমখৈ থুংহনগনি। অহুবু ব্লা অমতংদি হংগে।"

"হংউ।"

"নখোইনা মীগী মপোৎ অবেম্বদা অম্মুক য়াম্না পাম্লিবসি করিগীনো?"

"চানিংঙাই লৈতে ঐখোয়দি অনংবনি। থবকস্মু শুনিঙাই লৈতে। থাজনা থিবা ফাওবা ঙমদবে। অদুনা নখোই ইনাকখুনবদগী অস্মুম্না লৌদ্রবদি কদাইদগী য়াগদগেদো?"

"ঐস্মু নখোইগুম্না নংবনি। খেন্নবা হাইববু ঐহাক্না মীগী মপোৎ নখোইদোনা লৌদে। অসিতনি।"

অদুদগী হুরানবদুনা মেম্বর অমা ওইরগা করিগী নংলিবা হাইদুনা সদানন্দদা হংলকই। সদানন্দনা মাগী তলব কদাইদা চৎলি হাইবদু তাক্লম্মী। অদু তারগা হুবানবশিং অদুনা যুম মচা অদুগী অকোইবদা কোইযেং য়ে বদা তবং-উপু-মচা অমদগী হেন্না করিমতা উবমদবদুদা মখোইগী সদ্দার অদুনা কবিস্মু লৈতেদা হাইদুনা হাইবকই, মখোইনা চৎলগে তৌববদা সদানন্দনা হাইরকই—

"তবং-উপু অসিদা ঐগী ফীবোন লৈবনি। অদুগা থা অসিমগী চানবা শেল লুপা মবিখক্না লৈবিবনি। ঐগী শেৎনবা ফৈজোম অমগা লিৎনবা ফুরিৎ অমগা থনম্মু। অতৈ অসি য়োন্নবা, অদুগা লুপা অদুস্মু পুখ্রো। অদুগা ব্রা অমগা হাইগে। চাবা শেৎপদনা মী ওইবা নত্তে। হুরান্দুনা পাপকী কর্ম্ম তৌববুদি চাবা হেন্দুনা শিবনা হেন্না ফবনি। বাল্মিকী মুনিনা

মী হাৎতুনা মীগী মপোৎ মুন্নগা মপা-মমা মতু-মচা থাকপবু মখোই অমতনা মহাক্কী পাপকী শরুক পুরিগ্নু য়াখিদে।"

"অদুদি করিগী ঐখোইদা পোৎ পুখ্রো হাইরি?"

"ঐঙোন্দা তাকত্রবদি হুরানবগী পাপ ওইগনি। অদুনা ঐনা ইশানা পিনিং পিনিংনা পিরবদি নখোইগী পাপ লৈররোই হাইদুনা পু হাইরিবনি। মপুনা পিবা লৌবদি নখোইগী দোষ লৈত্রে। খরা লৈরিবসি পুখ্রো, মচা নশু চরা হেন্দুনা লৈ হাইরিবদো চখোম অমমমদং পিজনবা তৌরুরো।"

সদানন্দগী থুম্নবা মন্নাহৈ অদো তাবদা মপুক্লিং ওল্লদুনা কপ্পা কপ্পা মখোই তরেৎমক লৈরম্মী। মখোইগী সর্দাব অদুনা থাং থাদবম্নগা সদানন্দগী মখোংদা হোৎচন্দুনা মপি শিন্দুদুনা খুরম্নম্মী অদুগা হাইজবকই—

"ইব্বুংঙো, নংনা ঐখোইবু অমুক পোকপিরবনি। ঙসিদগী হৌনা ননাই ওইজরবনি।"

সদানন্দনা হৌগৎলদুনা হাইরকই—

"তৌম্নু তৌম্নু, খোং পাইহৈদে। ভগবানগী সৃষ্টি অখোইবনি নখোইদি। নখোইবু চানহিবগীদমক ঈশ্বরদা তৌবিমল থংবা উৎতুনা খুবম্মু।"

মখোই তরেৎমক হোৎচন্দুনা সদানন্দদা খুবম্লে অমম্লুং মাইথুম লৌথোক্তুনা মশক তাক্লে। মখোইনা কপ্পগী মখোল্পনা য়াম্না কম্না তুম্নম্না যদুগা মধুগম্ন হৌবক্লে। য়েংথোকখিবদা থাংশাং তাম্লুনা লৈরিদুনে নিপাশিং অদুনে উবদা সদানন্দবু কবি

তৌবিরবনো হাইহুনা অফিং অফাই করি তৌরিনো হাইনা লাউরকই। মখোই লোইনমক যন্থগা মধুগদা য়েংলম্মী। সদানন্দনা নোক্ল নোক্লহুনা তপ্না হায়রকই—

"মখোই অসি ঐখোইগুম্বা লাইরবনি। চানিঙাই লৈত্রে হাইয়ে। ঐখোইগী লৈজবা পুম্নমক পুথোক্লক্লো, মচা মশু চারা হেনবশিং পিজরকনবা।"

যন্থগা মধুগনা অহুদগী হাইরকই—"ঐখোইগী তলব ফংবদগী খাকহৌবা লুপা নিফুরোম লৈ। লোইনা পুথোরকউরা?"

হুরানবশিংনা "ওক্লে ওক্লে নখোই অহুমগী পুকচেল অমম্বং রাহে অহুতনা অমৃত ওইরহুনা ঐখোই লোইনমক্কী অমম্বং ইচা-ইশুশিংগী পুক লোইনা থল্লগনি!" হাইনা হাইরকই। অহুদগী মখোই লোইনা চৎখরে। সদানন্দনা অমম অঙাল কোবা লাইদা খুরুমহুনা হুরানবশিংহুগী মঙ্গল পিনবিউ হাইনা নিহুনা লৈহৌই।

১৩

সদানন্দগী রা অসি লৈকাইদদা নত্তনা লৈবাক শিন্না থোইদোক হেন্দোক্লা কোম্বুংদা নিংথৌগা অতৈগা রারি শাম্নে। মহাকম্ব এরক মরক্তা কোম্বুং কাহুনা ইরাং য়েংই। মহাক্লা মাগী তলব অহু স্কুলদা অহুগা মুখবাদা পিথোকই মাগী দি ক্ববিমত্তা থাক্কে, ফীরোন ইচম চম্না অফিশ কা-লাকই হায়বসি

নিংথৌশু তারম্মী। অহুনা নোংমা মহাক লাকপদা নিংথৌনা হংলম্মী—

"সদা, নংদি তলব য়াম্না লেম্লে হাইনা? স্কুলদা অহুগা মরা নাইখ্রবা মুপীদা পীহুনদমক তোক্লে হাইনা, চুমব্রা?"

"চুম্মি, ঐগ্যা। ননাই ঐগী শিজিন্নবদগী অরেম্বহু মখোইদা পিথোকচৈ।"

"স্কুলদা পিবা য়াম্না ফবা রানি। অহুগা মরা মপুরোইবা হুন্দোক্লুনা মুংঙাইবা থিখ্রবা মুপীদা পিবদি চুমদে। অহুনা মঙোন্দা পিবা শরুক অহুমখৈ তলবতগী কল্লগে। লৈবাক্কী তোংজবা ওইগনি।"

"করিমতা বেরা লৈজদে। স্নাপুক্লিংদা তৌবিগে হাইবা অমা তৌবিয়ু।"

"কদাইদগীনোদা সদা। ঐনা অহুক ফাগি তৌবনি। নহাক মুপী অমদি থিরোদনা? ঐগী ইচামুপী অমা পিগে।"

"মজা-বেম্মবু ঐনা মুপী ওইনা লৌবগী শক্তি লৈজদে। অচম্বী মুপী মচা অমা ফাওবা লোইননা পানবা ঙমদহুনা থাইনখ্রবদা! মহুগী রাদি ননাই ঐঙোন্দা অমুক স্নায়াথং তাওথবিরগমু।"

"নংগী তলব অহুনা ওক্লবা শিল্লবদা ঐগী ইচামুপীনা নংঙোন্দা করিমতা চক্রি তোহল্লোইদা। মহুদা মানা চক্রি তৌরবদি ঐ লৈদনা!"

"ননাই ঐগী তলবতগী লুপা কুন্-মঙাখক লেমহুনা মহুনা

হৌজিক চা-শেৎপগী খরচা তৌনজরি। অদুনা নজা-বেস্মা অমগী সেবা ওকপা নত্তে।"

"নং অদু ওইরবদি মুপী থিররোইদরা ?"

"মহারাজ, ননাই ঐহাক তৌরোই হাইনা নিংজরে।"

"ঐ নিংথৌনি, ঐগী য়াথং ইল্লোইদরা ?"

নিংথৌনা শাওরদুনা হাইবকপদুদা খুমফম থংদ্রদুনা লৈরম্মী। অদুবু অম্নম তকশিল্লবদুদা অফিং অঙ্কাই ওইনা সদানন্দনা হাইরকই—

"ঐগ্যা, সমাজ অমস্তুং ধর্ম্মগী মরিদদি নিংথৌগী লৈফম থোকপা শক্তিগী মন্নুং চনবা মথৈ স্নায়াথং ইঞ্জগনি। নত্তবদদি স্নায়াথং তাকপিগন্নু।"

"ঐনা তৌগে হাইনা নিংলবদা নংনা তৌদবা ঙমগদবা ?"

"তৌফম থোকপা থবক তৌজগনি, অদু নত্তবদি ঐগী আত্মানা য়ারম্বা ঙমজরোই।"

"নং তৌদবা য়াদে, সদা।"

"তাকপিগন্নু ননাই তৌল্লবদা, মহারাজ ইবুংঙো।"

"নত্রবদি দণ্ডি অরূম্বা ফংগনি।"

"সনা-বুদ্ধি তৌবিউ, মহারাজা। মীওইবা অমনা নিংথৌ ওইদুনম্মু কনাগুম্বা অমগী আত্মাবু দণ্ডি পিবা ঙমদে। মাংবা নাইবা হকচাং অসি দণ্ডি পিবা য়াই। অদুনা অমব আত্মাবু পিদ্রিবমথৈ ননাই ঐনা দণ্ডি থুদিংমকপু দণ্ডি ওইনা নিংবা ঙমজদে।"

নিংথৌনা অকীবগী শক লৌরম্বনা ঙাংলম্লপা ঙাইহাক তুমিম্না লৈম্বনা কোইয়েং য়েংই। অদুদগী অমুক হাইরকই—

"ধন্যনি, সদা। নংগুম্বা থৌনাফবা, চিরোংৎ লৈতবা মী অসি য়াম্না তাংখরে। মী খুদিংমক্তা নংগুম্বা ঙাক্তা ওইরম্লবদি ঐগী লৈবাক অসি হিরম খুদিংমক্তা চাওখৎপা অমস্তুং মুংঙাইবা ওইরমগদবনি। ফরে, হৌজিক্তি নং চংলো। অদুগা ঐঙোন্দা নপুকচেল শেংবগীদমক নংবু অথোইবা মন্ত্রী হাপ্লবনি।"

"তৌবিয়ু, মহাবাজ। ঐগী ইথক্তা লৈরিবা মেম্বরশিংগী মথং মনাও কাফম থোকপদু কাহনবিউ।"

"ঐ লোইনা চাং য়েংলে। মখোই অমতা অফবা য়াওদে। নংদনি ঐনা পুক্লিং তাবা। অদুনা নংবু হাপ্লবনি। অসিদগীদি নংগী য়া তাদ্রবদি মখোই ময়াম্না অমা ওইখ্রবসু ঐনা করিগুম্বা অমতা হাম্না তৌথোক্লোই। চিরোংৎ মখোং-পানবশিং অসি ঐগী নাক্তা অমতা চংহল্লরোই। মখোইনা ঐগী নাকোংদা ওইদবদা মুমিৎ চুপ্পা তাহন্দুনা ঐগী অমাংবদা ওইরবনি।"

নিংথৌনা চিরোংৎ তৌবা মীশিংবু অসুম্না তাথিনা তৌবসিদা ইকোই কোইনা লৈরম্বা চিরোংৎ-মপীশিং অদো থক থক নিক্লম্মী। নিংথৌনা মখোইবুসু মুম্না মশক থংই। করিগুম্বা মতমদা মী অতোপ্পা অমগী ফনবা মখোইনা হাইদে। করি হাইনি, নিংথৌগী মজা-ইবুংঙো মজাবেম্মাশিংগী মথক্তা ফাওবা হুজ্জনবা ঙম্বা চিরোংৎ তৌবশিং অদু নিংথৌনা মখোইদা শংন্ত্রিক শংন্ত্রিক শংনা কোইরে লৈনা য়েংলকপদুদা 'ঐখোইবু কদাইদনো'

হাইবা ব্লাখলনা মপুক্লিং লাংতক্করম্মী। চেনশি চেনঙমদা খুমশি খুমঙমদা নিংথৌবুস্থ কিবনা থক্ থক্ নিক্ অহুগা সদানন্দগী মমাংদস্থ ইকাই অমদা অমুক অমদা অমুক কোইরুপ কোইরুপ য়েংহুনা লৈরম্মী। মহু উবদা শাওরম্বা নিংথৌহুস্থ নোক্লিং নোক্লিং তৌহুনা লৈরম্মী।

ঙাইহাক্তং তুমিন্না লৈরগা অমুক নিংথৌনা হাইরকই—

"চিরোং মখোংশিং অসি অমতা ঐ চংহল্লরোইদবনি।"

অহুদগী সদানন্দনা নিংথৌগী শাওবা ফনবা হাইহুনা হাইরকই—

"চংহনবিউ, মহারাজ। মখোইবু হুংশিবিবনা চুম্মি। মখোইগী চিরোং অহু লৌবিদে খংলবা কালদা অচুম্বা লম্বেলদা অহুম ইঙ্গরক্কনি। মর্ত্ত্যদা পোক্লগা মখোই মশা মশাবু অমর অমমম্নি খনবদগী থোকপনি।"

"চুম্মি সদা! ঐনা মখোইগী মশাগী য়েংবা মীগী মাংনবদা হাইবা ব্লাহু হেক লৌবিদ্রবদি মখোই অহুম মশা মশানা করিস্থ তোংজফম লৈত্রবোইরে হাইনা থাপতোকচখিনি।"

অহুদগী নিংথৌনা বিদায় পিহুনা সদানন্দনা খুরুম্লগা ময়ুম কুম্লক্লে। যহু মধুদা মহাক্কী ফমথোন কাবগী ব্লাবি শারম্মী। অহুদগী কদোমদা লিংথোকখিবনো খংহৌদে মধুনা লৈকাইমচাশিংদো খোমহুনা সদানন্দগী মনাক্তা কোইশল্লম্মী। ময়াম অমস্থ অমস্থ ইরাং লাংনা য়াম্না হুংঙাইবে হুংঙাইরে হাইনা মপুক্লিং ফোংদোক্লম্মী। করম করম তৌবদগী ফমথোন

কারিবনো হাইনা হংবদা সদানন্দনা নিংথৌগা ৱাবি শাবকপন্থু লোইনা লিবম্মী। মযাম্মা মহাকপু থাগৎতুনা মুংঙাইবা ফোংদোক্লম্মী।

মখোই ময়াম অম্মুম ৱারি মুংঙাইনা শাবিঙৈদা চন্দ্রশেখবস্থু কদাইদগীনো কোইরুই হাইত্নুনা ফুৎ ফাওরকই। সদানন্দনা হবাও হবাওনা তরাম্মা কৌশন্দুনা ফমহল্লম্মী। মযামস্থ তিল্লম্লিবা কবিগীনো হাইনা হংবদা নিপা অমনা ফমথোন কাবগী ৱানচিংবা ৱারি শাবা তারগা হাইবকই—

"ইবুংঙো নংনবু ফমথোন কাদবদি কনা লৈ মতিক চাবা? মহাবাজানা নংবু থাজদবদি কনাবু থাজগনি? মুংঙাইরে নপাও তাবদা ইবুংঙো।"

অসি হাইবগা চন্দ্রশেখবনা হিক হিক লাওন কপখৎলল্লম্মী। ময়াম অতৈত্থু অম্ভুক যাম্মা মুংঙাইবা মুমিত্তা কবিগী কপ্লিবনো হাইনা ইঙক ঙক্লা মঙোল্লোমদা যেংশল্লম্মী। অঙল ওইবপ তৌবা নিপা অমনা হংলকই—

"তাদা, কবিগীনো কপ্লিববো? ঐখোই ময়ামদি মুংঙাইবনা লোইবে। অদুগা তাদদি কবিগী?"

মপী তৈথোক তৈথোক্লা চন্দ্রশেখবনা হাইবকই—

"নখোইদা ঐনা কবিমুক নৌনা হাইগনি? সদানন্দখোইগী তাদনা মথস্তা পোকচবনি হাইত্নুনা ণংনা ণংনা মাগী লাইবিক তম্লবা কয়াদা কন্না হোৎনজরকই। অদুগী মমা লুখ্রাবীনা মচাগী মহৈ চাত্নুনা মাগী মশক য়েংলগা নোংগাখ্রবা মপুরোইবগী

খাইন-মৈচাক কাওহুনা লৈগনি নিংজরম্মী। ঙসি মখোই অনিমক লৈরবদি কয়াদা মুংঙাইখ্রদোনো।"

লৈকাইগী ময়াম অহুনা চন্দ্রশেখরগী য়াসি তারগা শুকথরহুনা লৈরম্মী। মখোই পুম্নমক্কী সদানন্দবু মুংশিহুনা শুকথবা মাইথোংহু উরগা সদানন্দনা হাইরকই—

"আশা থুংবা লৈবা হোনদে, থুংগদৌবোইদা নিংবনি।"

মাগী পাওতাক্না থল্লবা য়াহৈসি তারগা ময়ামগী চিন্বান্দা মোমোন মোমোন নোক্কুনা অয়াবা কাওবগী ফীভম উৎপা হৌবম্মী। ঙাইহাক্তং লোইনমক য়া অমতা ঙাংনবমদে। সদানন্দসু অহুম তুমিন্না লৈরম্মি। অহুদগী লৈকাইগী অহল অমনা হাইবকই—

"মুখবাহুগী থল্লুবদা মুংশিরকইদা! মহাক্না মপা-মমানা হাইবা ইনবনি হাইহুনা চৎখিবদগী ইবুংঙো নংনা অস্তুম অস্তুম ফগৎলক্লিবসি মহাক্তি য়াওবা ফংদ্রেদো!"

চন্দ্রশেখরসু অহল অসিনা হেক হাইবগা "অওইবনি, মহাক অসি ময়াইবক অমরোমদদি থি হাইনা হাইদবা য়াবোই। চহি মতাংদসু ফম নাইবদসু মিংচৎতসু মরম খুদিংমক্তা তগৎ তগৎ ফুগাইরক্লিবা নিপা অসিগী সেবা ফংজবা মুখরাদি ফংজদ্রবনি। অমরোমদনা ঐগী লাইবক কয়া ফথবে। মুখরাগী মপান্না সদানন্দগী পুকচেল-দগী চেন্থরকপা অমৃত থক্কুনা শিদবা উপাল করিগীনো হাইবা খংজরবনি।"

মখোই ময়াম থম্মোইগী পীনা পুকচেলশিংহু শেংদোক্কুনা

তমঙমদ্রবা মুংঙাইবা অমগী ইথক্তা তাওমিন্নরুনা রারি শারম্নগা মহৈ মহৈ কাইনরম্লে। চন্দ্রশেখরগা সদানন্দগদমক ঙাইহৌরে। চন্দ্রশেখরনা অদুদগী হাইরকই—

"ইবুংঙো, নংদি মিংগোনা য়াদ্রবমু ঐগীদি ইনাওগুম্বনি। অদুমদি ওইরগা নংগা ঐগা চাং য়েংনরুরবদি সমুদ্রগা লাংখোংগা পাবনি। নংগীদি লৈবাক পুন্নমক নিংথৌ য়াওনা লেপতুনা লৈবিবনিনা বরিমু রাস্তে। অদুমকপু মতম পুন্নমক্তা ঐমু ননাই অথোইবা অমা ওইনা নংগী কাদা লেপতুনা লৈজগনি। ঐ করিমু হাইনিঙাই লৈতে, ঐগী হাইববু অমম অঙাল উরিবা নিপাদুনা নংগী মঙ্গল পিনবিবা, অদুদা খুরম্বা ঙমজে।"

"কবিনো, ঐগী হাইববু নখোই নত্তুনা কনা লৈ তাদা।"

অসি হায়নরগা চন্দ্রশেখবদু হল্লগে হাইনা চৎখরে। সদানন্দনা ইরু-মাইথজদুনা চাক চানবা থৌরাং তৌরে।

চাক চাবা লোইরগা মপুক্লিংদা নিংথৌনা মাগী রা তাদ্রবদি করিমতা হায়া তৌরোই হাইবত্ত নিংশিংলম্মী। মহাক্না নি'থৌগী মতিক চাবা লম্বেল উৎপা কবম্না ঙমগদগে থন্দুনা মনু-সংহিতা ফাকুনা তরেৎশুবা অধ্যায় অদু পারম্মী। অধ্যায় অদুদা য়াওরিবা নিংথৌগা প্রজাগা লৈনবা মরি অদু মুন্না পারগা খল্লম্মী নিংথৌ হাইবসিদি মীওইবগী মনুংদা চাওবদগী চাওবনি অদুগা প্রজাশিংনা হাইজবদা ঙম্মোই হাইবসি মহাক্না ইকোন কোন্না হাইগদবনি হাইনা। 'ওন্থোকপনিদা হে ঈশ্বর, অমুক য়াম্না লূমখ্রবা থবক অসিবু তৌবদা য়াওরিবা অসিবু' হাইদুনা

সদানন্দনা মুংশা স্বর শাংনা হোল্লহুনা নোংথক্তা য়েংখৎতুনা লৈরম্মী। যত্থু মধুনা মহাক্না ফমথোন কারকপত্তুদা মুংঙাইহুনা ইলাং লাংলম্মী।

১৭

সদানন্দনা মন্ত্রী অমা ওইহুনা চহি তরারোম নিংথৌনা চানবা নিপা অমা ওইবদা নত্তনা লৈবাক্তস্থু চানবা মী অমা ওইহুনা লৈবক্লে। মতম পুম্নমক্তা ইচম চম্না লৈবম্মী কনাগুম্বা অমতবু মাবু খনবা লাকপদা খলহন্দুনা থনমদে।

কনাগুম্বা মী অমবু থবক হাপ্লমদাইদা নিংথৌনা সদানন্দগী মরা তারগা মন্নুং ফংনা পরীক্ষা তৌবগা হাপ্লম্মী। মী পোং অমতবু নিংথৌনা মহাকপু খনবা চংহল্লমদ্রে, অস্নুম চুম্না চংজবদি চংজবনি। নিংথৌ খনবদি তুমিৎ কাংফাওবা পাইবা য়ারমদ্রে।

অস্নুম্না নোংমা নোংমগী সদানন্দনা নোনবা হেল্লক্লে। মরম অসিনা মহাকপু প্রজানা মুংশিরম্মী। কনামতনা মাবু মুংশিদে য়েংনিংদে হাইনা শোনবা তাবমদে। মহাকপু কযামুক য়াম্না মুংশিবগে হাইববু মহাক্না হাইববদি করিগুম্বা যানিংদবা লৈরবস্থু অত্থুম মাবু মুংশিবদগী য়াবম্মী।

প্রজাশিংনা খল্লম্মী, মখোইনা মুংশিবা নিংথৌ মখোইনা মুংশিবা মন্ত্রী লৈরবনিনা মখোইগী মরা তাবিহুনা অমুক হেন্না

শুংশিহন্নবা তৌরিবনি হাইনা। মরম অসিনা চহি তরা সদানন্দনা মন্ত্রী ওইরক্লবা কাল অসিদা প্রজাশিংনা মখোইগী নিংজবা অমা থুংহনবিউ হাইনা রাকৎলরে। রাদি—নিংথৌ অমসুং মন্ত্রী থরনা লৈপাক ঙাক্লিবসি প্রজানা লমাই ওইনা থঙবা মীশু য়াওহন্দুনা আইন-সভা অমা শেম্বিউ হায়না রাকৎপনি।

রাসি য়ৌরক্লবদা মং ফাওবা মংলমদ্রিবনিনা নিংথৌনা মহাক্কী অমাংবা অচৌবা অমা ওইবগদরা নিংলম্মী। সদানন্দগা ভিন্নবদগী য়োৎনা সনা ওনবগুম লৈরক্লবনিনা অমুক য়োৎ ওন্থরকপসু করিনো থল্লম্মী। তৌফম থংদহনা সদানন্দদা অহুক তান্নহনা য়েংগে থল্লম্মী। অহুনা মী থাহনা সদানন্দবু কৌক্লরগা হাইবকই—

"সদা, প্রজাগী রাসি য়াম্না অক্নবা অমনি। অহুনা মুম্না থল্লু।"

"ননাই ঐনা করম হাইনা খনগনি। মহারাজনা করি খনবিরি মহুত্তুম ননাইঙোন্দা অমুক্তা শ্রীচরন্না কৃপা তৌবিয়ু।"

"কবি হায়ক্লনি, সদা! মখোই অপংবনা হাইবা রাবু তাবা য়াবরা? ঐগী প্রজাশিং অসিদি করিসু খংজদবা য়াম্না পংনা লৈজরিবনি। মখোইনা ঐগী মাংনবা করিমতা তৌনিংলম্মোই। মখোইগী লুচিংবদনা মখোইবু অরানবা রাথলদা পুরিবনি। অহুনা লুচিংবশিং অহুবু ফাহনা অক্নম্বা দণ্ড পিগে নিংই।"

"মহারাজনা স্না-বুদ্ধি মুম্না খন্থবিদ্রবননি। মখোইগী রা

অসিনা মহারাজগী মাংনবা করিমতা তৌগে হাইবা পোৎ নত্তে। য়া অমত্তা হঙ্গচ্চগে হাইবত্ন চরন্না থৌজালবিগদরা ?"

"কবি য়াদনি হাইয়ু, নংনা হাইনিংবা হাইবদা অপনবা লৈগন্নু।"

"কুপা তৌবিরবনিনা হংগচ্চরগে। নিংথৌনা নিংথৌ ওইবদি প্রজাগী সুংঙাইনবগীদমক্কি। অরাৎ-অপা থুংনবা হোৎনবিগে হাইবদি লৈবিদনা মখোইবু অরাবা পিগে হাইবিবদি কবস্বা স্নাবুদ্ধিনো ? প্রজাগী মফমদা চৎকদবা লমচত্তি মত্থ নত্তে।"

মসি তাবদা নিংথৌনা অঙকপগা শাওনিংবগা য়ান্নবা খোস্থাংদা হাইরকই—

"সদানন্দ নংদি অঙাংনি। নংনা ঐঙোন্দা নিংথৌগী থবক্তা করি তাকফম লৈ ?"

"অঙাংনি, চুম্মি মহাবাজ। অঙাংনা খঞ্জবা রাখলত্থ হংগচ্চবদনি। ইনবিগে ইনবিবোই মহারাজগী ইচ্ছানি।"

মাগী মখুম অসি তাবগা অমুক হেন্না শাওনা নিংথৌনা হাইরকই—

"ঐদি, সদা, নংনা হাইরিবদো ইল্লোই।"

"স্নাবুদ্ধি ফগদোবা য়েংত্থনা তৌবিউ। করিদি তৌবিগে নিংবিবি ?"

"ঐনা নিংববো ? অহানবদদি ফাদোক্তমক পিগে খল্লম্বী। করিগুম্বা মখোইনা ইহন হল্লক্তবদি রাজদ্রোহ তৌই হাইত্থনা

গুলিনা কাপতুনা মথয়াই লৌগনি। করিগী মখোইনা উ-উসিন্তবা য়াবরা ?"

"মখোইনা হাইজরিবত্তুদি রাজদ্রোহগী রা নন্তেনা, ননাই ঐনা থজ্জবদদি।"

"করিগী নন্তনি, ঐনা তৌবদা থিংবা য়ানবা লম্বেল পীয়ু হাইববো ?"

"লম্বেল পীয়ু হাইবদনি। পিত্রগা লাল-হৌত্নুনা মুন্দুনা লৌগে হাইবদি নন্তেদনা।"

"নংনা হাইরিবদো ঐ য়ানিংদে।"

"মহারাজ, ননাই ঐনা মহারাজাবু থিংবা ইতিক নংচদে। অত্নুগা মত তৌবিগদবা লেরবদি তৌত্রিঙৈদা ননাই ঐহাক স্না-থৌগল থাদোকচরগে ”

"নংনা থাদোক্লগা ঐগী নিংবদি থুংঙোইদোবা লৈতে। নংনা কবিগীনো অত্নুবু নখোই ঐখোইগী মুংঙাইবা মাংনবা খুজিল শিল্লিববো ?"

"মহারাজা, ননাই ঐহাক মুংঙাইনবা শিনজবনি। অত্নুদা ননাই ঐনা খল্লিবা মুংঙাইবসিগা মহারাজনা স্নাবুদ্ধি তৌবিবিবা অত্নুগা মান্নদবদনি। মীওইবা হাইবসে মা মানা নিংবা মতুং ইন্না চংলগা মুংঙাইবোই নিংনবনি। অত্নুনা মহারাজানা স্নাবুদ্ধি তৌবিরিবদো মুংঙাইবনি হাইনা হাইবিবদা, মহারাজাগী করিস্মু লানফম থোক্তে। অহুম্মদি ওইরগা মত্নুবু ননাই ঐনদি থরাইদা অফবা মুংঙাইবনি হাইনা থজ্জবা ওমদবনা করিস্মু পামজদে।"

সদানন্দগী য়াসি তারগা মিকুপমুক্তং লুক্থত্না খন্থরগা মহারাজানা হাইরকই—

"সদা, নং থাঙ্গৈমক শেংনা নবুকচেল তিংলবরা? প্রজাশিংগী য়াসি তাবিদ্রবদি অত্তুদা নত্তনা মখোইবু মতিকওকপা দণ্ডি পিরবদি নহ'ক চান্নরা ঐবু থাদোক্কদবা?"

"মহারাজাবু থাদোকপদি তৌজরোই, অত্তুগা মেম্বর অমা ওইত্তনা প্রজাগী মচেং চারগা প্রজাগী মুংশিদবা অমা ওইবদি ওমজরোই।"

"অত্তু ওইরবদি ঐবু করি তৌ হাইবগে?"

"ননাইবু হংগৎচৌ তাকপিরিবরা?"

"উম হাইয়ু, কবিমত্তা অকিবা লৈতনা হাইয়ু সদা।"

সদানন্দনা নিংথৌবোমদা মুন্না য়েংলত্তনা য়াদি ঙাংদ্রগা মিৎয়েংতনা য়াথং লৌবগুম তৌরগা তপ্না তপ্না হাইরম্মী—

"স্নায়াথং হাইজৌ হাইববনিনা হঙ্গৎচরগে মহারাজা। ঐনা পামজবদি অতৈ করিস্নু নত্তে, মখোইনা পামজরিবা আইনসভাসি থুনা পিরগনি হাইনা লাওথোকপীবা।"

"করম্না লাওথোকসি হাইবগে?"

"মহারাজা, হয়েং অসি প্রজাশিংগী নেতাশিংবু স্নায়াথং থাত্তনা কৌথৎপিরো, অত্তগা মখোইবু থাত্তনা প্রজা ময়াম হংচিৎ অসিদা কৌহনবিরগা দরবার অমা ফম্বিউ।"

"দরবার ফুমিত্তা ঐনা করি হাইনা লাউথোকপা?"

"মহুস্নু ননাইনা পামজবা হংগৎচৌ তাকপিরিবরা?"

"সদা, তাকউ, নংনা ফগনি হাইবত্তা ঐনা অমত্তা চিখদনা তৌগনি, ঐগী থৱাই ষাওবা করিমতা থাক্লোই।"

"নিংথৌগী মফমদা প্রজান' নোনবগুম মহারাজা, নিংথৌস্থ প্রজাগী মফমদা মতিক-চাবা ব্যবহার হনবনা চুম্মি। মখোই পুম্নমক মখোইগী মপা মমা শক্তুনা লৈবিরিবা মহারাজাগী চরন্দা ভিক্ষা নিবা লাক্কদৌরিবনি। অসিগুম্বা ভিখারি লাইরবশিং সিবু লাইরবা নারায়ণনি হাইরিবনি। মখোইগী মফমদা নো-লূক্না মখোইবু থৱাই হকচাং য়াওনা পূজা তৌবিবনা পামজে।"

"ফৈ থংলে। ঐনা ঐগী ষুংশিরবা প্রজাবু তরাম তরাম্না নংনা য়েংউ হাইরিবা মিৎয়েংনা য়েংগনি। অদুবু হংচিৎকী অসিবু করি হাইনা লাওথোকসিগে?"

"মদুদি মহারাজা ননাই ঐহাক ঙসি অহিংদদি খঞ্জরুগে। অদুগা হয়েং অসি স্নাচরণদা হঙ্গৎচরগে।"

"ফৈ অদুম তৌ।"

অস্তুম্না মপু মনাই অনি পুক্লিং থিংজম্না রা তানবগা সদানন্দ ময়ুমদা কুমখরে। নিংথৌস্থ পোথাদুনা সদানন্দনা করি হায়রগবা হাইদুনা লৈহৌরে।

১৮

প্রজাশিংগী লুচিংবশিংনা প্রজা পুম্নমক পাও চেল্লদুনা অয়ুক পুং ৯ রোম তাবা অদুদা কোন্নুং তাম্না কানরক্লে।

মী খুদিংমক্কী মচিনবান্দ মুংঙাইবগী নোকপা নত্তনা অরাবগী খুদম অমতা ফংলমদে। হন্নুবা হন্নুবীনা চৈত্ত শুত্থনা অঙাং মুবীশিংনা লাইগী নিংথিবা কলোই শক-শোন্দুনা খুল খুন্দগী মপৈ মপৈ কোম্লুং পাংনা লাকপদি অয়েংবা মীগী অঙকপা হাইববু খমথেংনা ওইরম্বা নত্তনা ফজবগী মপা লৈরমদে। খুল অমনা পুং কোর্ত্তান য়ৈহনা নিংথৌগী য়াইফবা নিহনা লাইগী নাম শোল্লহনা চৎলম্মী, খুল অমনা নিংথৌগী স্না মিংবু পল্লগা জয় ধ্বনি লাউর লাউরহনা অবৈবা খোঞ্জেল থাদোক্লম্মী।

অমুম তৌহনা সোড়োক অপুম্বা থেল্লম্লগা দরবার শং তাম্ন থুংলবে। কোম্লুং অত্থ ইনিলনিল্লম্মী। মীনা ফীঙৌ ক্ষৌবগুম ফোরবা মতমদা সিংহাসন মথক্তগী লেংথৎলহনা খুৎ লোম্ননা লু-লুক্রা প্রজা ময়াম কৌরগা মহারাজনা লাওথোক্লম্মী—

"ঐগী মুংশিরবা প্রজাশা, ঐবু নখোইনা নিংজবগী উপাল অমনি হাইনা খনবদা ঐনা মুংঙাইবগী পন্দোন-লোমখবে। হন্নুবা হন্নুবী খোতেক মিত্তাং পুম্নমক ঐগী ইচিন্দগী থোরকপা রাহৈ খবদং তারগা পেনবা ওইগে হাইনা তিল্লবিবা নখোইগী নফমদা ঐহাক্কী পুকনিংগী মপান নাইত্রবা মুংঙাইবসি ফোং-দোকচবি।

মতম অম্মুক কুইরক্লবসি নি'থৌ ঐনা খঞ্জবদা প্রজাগী মুংঙাইনবতা তৌজরক্লি। হৌজিকসু প্রজানা হাইবা মতুং ইন্না প্রজাগী মপী-মপা ওইনা লৈফম থোকলিবা অমম্লুং লৈরিবা নি'থৌ ঐনা করিমতা তৌদবা তৌরোই।

নিংথৌ ঐনা লৈবদি প্রজা নখোইগী মুংঙাইনবা নিংবা-থুংনবা লৈবনি। নখোইগী সেবাবু মতোল লোম্নবদি নিংথৌ ওইবগী মহৈ ফংগদৌবনি। নখোইগী অৱাৎ-অপা করিনো হাইবা খংলগদা লৈবাক ঙাকপগী লম্বেল অচুম্বা চৎকদৌরিবনি। মদু খংনবা খ্বাইদগী হেনবা উপাইদি প্রজাগী মীহুৎ থর শাসন্দা য়াওহল্লগা ওইগদবনি। অদুনা নখোইনা পাম্লিবদু করিনো লুচিংবা অমনি চংঙক্তুনা হায়ররো ”

নিংথৌগী য়াথং অসি তাবদা মুংঙাইমনখিদুনা প্রজা ময়াম্না জয়ধ্বনি লাউরকই। জয়ধ্বনিগী মরক্তুগী মশা তনাপ তনাপ লাউবা, ৱাংচাওরবা নিপা অনিনা প্রজাগী ওইনা নিংথৌগী স্নাখুত্তা চে অমা কৎশিল্লি। মদুদা ঙাইহাক স্নামিয়েং তারগা নিংথৌনা নোক্ল-নোক্লদুনা স্নায়াথং অমুক তাওথরম্মী। মী পুম্নমক অদু তুমিন তুমিন লৈরম্মী, মীনিল অদুক য়াম্না নিল্লম্বদো উন-ৱাইমুক চিক্লম্মী।

“মুংশিরবা প্রজাশা, নখোইনা নিরিবদি আইনসভা অমা থুনমক লিংখৎপা অদুদা প্রজাগী মীহুৎ য়াংখৈথক য়াওহনবা অসিনি। প্রজা পুম্নমক য়ারবরা?”

য়ারে য়ারে হাইবা খোল্লাওনা ইনিল নিল্লম্বদুগী মরক্তা নিংথৌনা ইঙ্গিত পিদুনা তুমিন লৈহল্লগা হাইরম্মী—

“নখোইনা মী য়াংখৈ হাইরিবসিদগী ঐহাক্না মী য়াংখৈ অমমুক হাপকৎপীরগনি। অদুনা মী চামনা শাবা আইনসভা অমা থুনমক লিংখৎলগনি। অদুগা মদুগী নিয়ম শেম্নবা

চয়োন অমতং মতম পিবিউ। মতম অসি নিজবগীদমক ঐঙোন্দা প্রজাশিংনা ক্ষমা তৌবিগনি নিংই।"

ময়াম অপুম্বা জয়ধ্বনি তৌরতনা নুঙাইবা ফো'দোক্লম্মী অচ্চগা নিংথৌগী য়াইফনবা ঈশ্বরগী খুয়াদা নিজরম্মী। মখোইগী লুচিংবা ওইবিবা চৈতন্যনা থোরক্লুনা প্রজাগী ওইনা নিংথৌদা য়াহৈ অমানদং থৌগল্লম্মী—

"ধর্ম্মগী অবতার! ঈশ্বরগী অংশাবতার ওইবিবা রাজাধিরাজ মহারাজানা ঙসি স্নায়াথং তাকপিবা অসি ননাই ঐখোইনা মপোক কোটি কোটিদা পুন্য তৌরকপনা ফংজবনি। চয়োন অমত্তা নত্তনা অনিস্থু ঙাইজগনি। প্রজাগী মপী মপা শক্লবা মহারাজানা ঐখোইবু চানবিবসি মপোকসিমগী কাওজবা ঙম্নরোই।" প্রজাময়াম অত্তুদগী মহারাজাদা খুবম্লগা জয়ধ্বনি লাওদনা মহারাজাগী নিংথিবা কোলোই লৈসি-লৈথোন থন্না হুপ্পাত্তনা শক-শোন্দুনা ময়ুম ময়ুমদা চন্নখিরম্মী। সদানন্দগা নিংথৌগনা চবা হেনবমথৈ নিয়ম শেমগনি হাইত্তুনা স্না মাঙ্গোনদা পাংলম্মী।

মহৈ মহৈ কলম অমমম পাইত্তুনা লৈরবা কালদা নিংথৌনা সদানন্দদা হাইরকই—

"সদা কেবিনেট শেম্বসিদি কবম্না তৌগনি?"

"মহারাজা, প্রজাগী মীহুৎ চামাত্তুদগী খন্নগনি!"

"মীশিংদি কয়ানো?"

"নিপান্না ফগনি"

"সদা, মতৌগী মমুংদা অথোইবা মন্ত্রী ওইনবা মীদি ঐনা লম্নাই প্রজাগী মীছুৎ অতোদগী নত্তবা অমা খনবনা ফংলোইদরা ? মতৌ ওইববদি নহাক মতম পুম্নমক্তা শিদ্রিমথৈদি তলব চাত্নুনা লৈবা ফংগনিদো। প্রজানা খনবা হাইবত্নুদি মক্কম খংবা পোৎ নত্তে।"

"স্না কুপা তাকপিবা য়াম্না মুংঙাইজৈ অতৌগা ননাই ঐদি প্রজাতন্ত্র চৎলবদা মতৌম্না মন্ত্রী ওইবদি মন্ত্রী অথোইবা ওইতুনস্নু পামজদে। প্রজানা পাম্নগা খঞ্জসম্নু পামদ্রগা ভোকসম্নু। মখোইগী মুংঙাইনবা পামজবা মী খঞ্জসম্ন , মতৌনা ফগদবমাল্লে ঐগ্যা।"

"নংবু তৌম্নদা। তলব ফংদ্রবদি মুখবাদা পিনবা লৈবোই। মতৌদি লাইবত্নুনা স্কুলগী শেলস্নু পিনি ঙাই লৈবোই।"

"মুখবাগীদি ঐনা লৈববা কালদদা পিবনি, পিদ্রবস্নু য়াই। অতৌগা স্কুলগীদি মহারাজানা পিবিববা হাইবত্নুনি।"

"ঐ মতৌ ঙম্লোই। ঐগী খবচামকস্নু ওক্তুত্নুনা লৈবিবসিদা নংগী স্কুলগীদমক শেল পিবা হাইয়ে।"

"অতৌ ওইবগা মহারাজা তলব পিত্নুনা থমলিবা ওজাত্নু ভোকপা হাইবত্নুনি। ঐস্নু শংলগদবনিনা ওজা ঐনা ওইবা হাইবত্নুমঙাইবে। লৈকাইনা ফৌ খবা খবা খাইনত্নুনা পিজবা হাইবত্নুনি।"

"ফবে, অতৌম কেবিনেট মন্ত্রী পুম্নমক প্রজানা খঞ্জবশিং অত্নুনা ওইজবা হাইবত্নুনি। নংগী স্কুলগী অমস্নুং চানবগী

চিন্তাদি ঐ লৈরিবমথৈ করিমতা তৌরকনু। নংনা স্কুলদা পিরম্বা শেল অহুগী শরুক অনি হেন্না স্কুলদা পিগনি। মতম থরগীমম্নুংদা সরকারগী স্কুল ওইবম্ন য়াইমা।”

“মহারাজাগী কৃপানি।”

অমম্না ঙাংন ঙাংননা অমস্থং মরৈস্ম মরক মরক্তা য়েৎন য়েৎনহুনা নিংথৌগা সদানন্দগা শাসনতন্ত্রগী নিয়ম শেমহুনা চয়োন অমরোম লৈরম্মী। মতম স্নুরবদা লৈবাক পুংজাও থিন্দুনা আইনসভা লিংখৎপগী ব্রা হৌদোক্লম্মী।

কত্তবগী পাও থুনা শন্দোকপগুম অফবগীস্থ য়াম্না থুনা শন্দোকই। চন্দক প্রজাগী মবুক্লিং থুংজবসি নিংথৌদনা নত্তে সদানন্দ মপু-মনাই অনিগী থবক্লি, মরু ওইনা সদানন্দগী অফবা পাওতাক্লনি হাইবা লৈবাক পুম্নমক খংনরম্মী। মবম আধুনা নিংথৌ অমস্থং সদানন্দ অনিগী মফমদা তৌবিমল থ৯া, ঈংনবা -লৈবাক পুম্নমক তিন্দুনা সভা অহুদা নিংথৌ সদানন্দ য়েৎলোম ওইরোম ফম্মিন্নহুনা ময়ামগী মিয়েং তাফম ওইখিরম্মা। ময়াম পুম্নমক তিনখৎলবদা প্রজাগী লুচিংবা চৈতন্যনা চে অমা পারম্মী। মহুদা নিংথৌ অমস্থং সদানন্দগী মফমদা মুংঙাইবা ফোংদোক্লম্মী অমস্থং প্রজানা পামজবা ব্রা থরা প্রজাগী ওইনা লাউথোক্লগা নিংথৌদা হংগৎলম্মী—

“মহারাজা, ননাই ঐখোই প্রজাগী নিংবা থুংহনবিবসি নপু ননাই অনিনা প্রজাবু মুংশিবগী লংলবা থুদম্নি। নিয়মদা য়াওম্রবস্থ ননাই ঐখোইনা নিবগী নিজবা অমস্থং মতম পুম্নমক্তা

নিহুনদা লাক্লিবা অহুনা নিহুনদা লৈগদৌরিবা করিগুম্বা অমতগা চরনখাদা নিজখিগে। মুংশিবিগনি চানবিগনি হাইবগী আশাদি ননাই ঐখোইগী লোইবা নাইদে। মন্ত্রী নিপাল হাঙ্গসিগী মমুংদা মী অমতম্মু মহারাজানা লন্নাই থনবা য়াওরোই হাইরি। অদু ওইহুনম্মু হৌজিক ফাওবা ওইরকলিবা অথোইবা মন্ত্রিসে— মহাক্না শিন্ত্রিবমখৈ—নিয়ম্মা য়াদ্রবম্মু অহুম ওইহুনা লৈনবা স্নায়াথং অমতংদি নিজরি। মসিদা মন্ত্রিনম্মু য়াবিগনি নিংজে"

সদানন্দরোমদা ওনশন্দুনা নিংথৌনা হাইরকই—"সদা, ঐনা নহালনা হাইদরা! হে জিক নংবু ঐগী অমম্মুং প্রজাগী নিংবসি থুংহনগে হাইরিবরা?"

"মহারাজ, নিংথৌগা প্রজাগনা অমতা ওইনা তাকপিবদি য়াথং অদু হিকতোচরোই। ঐবু অম্মুন্না চানবিবগীদমক ননাইবা মহারাজাগী অমম্মুং প্রজাগী মফমদা থরাই হকচাং য়াওনা ইশ্বর কৎথোকচরবনি।"

প্রজা ময়াম্না মুংঙাইরহুনা জয়ধ্বনি লাউর লাউরহুনা নিংথৌবু কোম্মুং তান্না থিনগৎলম্লগা ময়ুম ময়ুম হননরম্মী।

১৯

হৌজিক্তি সদানন্দনা ময়াম পুম্নমক্কী মুংশিবা ওইহুনা লৈরে। মুখরা-চন্দ্রশেখরম্মু মহাক্কী মী ওইহুনা মমাংগী অরাবা

হুংঙাইতবা পুন্নমক কাওথোক্লুরে। শিগ্রিবা ফাওবা মুখরাবু মতেং পাংবা তোক্লমদে।

মতম থন্না লৈরগা সদানন্দত্থ কন্না নাত্থনা তুরবদা চন্দ্রশেখরনা মুখরাদা হাইরকই—

"মুখরা, সদানন্দ কন্না নারে। মী পুন্নমক অনাবা হংবা চৎনরে। ঐখোইস্থ চৎসিদনা।"

"ফৈ।"

মখোই অনি অস্থুম হাইনত্থনা সদানন্দগী য়ুম তান্না চৎলম্মী। মখোইনা য়ৌত্থনা য়েংবদা মরূপ মপাং পুন্নমক অনাবগী মনাক্তা ফমত্থনা লৈরম্মী। মৈতৈ মাইবা অমনা পুক শুত্থনা লৈরম্মী অত্থগা সদানন্দনা ময়াম্লোমদা য়েংলগা ব্লা হাইরম্মী।

"অন্তকাল য়োরবদা মী পুন্নমক্তা অয়োল-অরান পুন্নমক ঙাংদিয়ু হাইদুনা থুরুম্লম্মী। মতম অত্থদা মধু লাক্তুনা সদানন্দদা হাইরে—

"তাদা, ইতৈমা মুখরাখোই লাকই, কৌশিল্লকউরা?"

"কৌশিল্লকউ!"

মধুনা মপান থোকখ্রগা চন্দ্রশেখরগা মুখরাগা চংলক্তুনা সদানন্দগী মনাক্তা ফম্লে। সদানন্দনা ব্লা ঙাংলকই—

"নখোই লাকপা য়াম্না হুংঙাইরে। ঐ ঙসিদি নখোই পুন্নমকপু থাদোক্তুনা চৎকদন্না হাইনা য়াম্না চিংনরে।"